**ATOPP[illegible]**

**An anthology of Modern Manipuri poetry.**





অহানবা ফোঙবা / ১৯৭৫

২ শুবা চাউথোক্লবা খৃৎনম / জুন, ১৯৯৩

ফোঙবা / শামুরাইলাৎপম গোপাল শর্ম্মানা

নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি,

কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই, ইম্ফাল— ৭৯৫০০১ গীদমক ফোঙবা।

কপি মশীং / ১০০০





মখুম / থোইদিংজম তোম্বী সিংহ

মমল / লুপা ৩৫.০০

---

নম্বা / পদ্মা প্রিন্টার্স

পাউনা বাজার, ইম্ফাল—৭৯৫০০১

# রাহৈ থরম্না

মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচৎসিমদি য়াম্না শাফু কম্না চঙশিল্লক্লি। অদুবু নীলকান্ত অমসুং সমরেন্দ্রদগীনা হৌজিক ফাওবদা চখরক্লিবা অনৌবা শৈরেংগী অপুনবা মশক অমা উৎপা ঙম্বা শৈরেংগী খোম-জিনবা লাইরিক্তি ইউ উদ্রি। অরাৎপা অসিমা মেনশিন্নবা সমিতিনা "অতোপ্পা খোঞ্জেল" অনীশুবা চাউথোক্লবা খুৎনম অসি পুথোক্লবা হোৎনজবনি। ইং ১৯৭৫ দা ইহান হান্না হাওবম গৌরদাস, থোকচোম যোগেন্দ্র; নোংথোম্বম শ্রীবীরেন অমসুং লোংজম জয়চন্দ্র মীওই মরিনা শাবা বোর্ড ওফ ইদিটরস অমনা পুথোক্লম্বা অহানবা ইদিসন্দা মপুং ফাবা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী এনথোলোজিগী মশক অমা লৈখি। অদুবু হান্নগী মথক্তা অনৌবা কবি কয়াগী শৈরেং হাপচিন্দুনা হেন্না মশক থোকপা এনথোলোজি অমা পুথোক-নবগীদমক ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী, লোংজম জয়চন্দ্র, থাংজম ইবোপিশক অমসুং য়ুমলেম্বম ইবোমচা মীওই মরিনা শাবা বোর্ড ওফ ইদিটরস অমা শেমখি। অনৌবা বোর্ড অসিনা য়াম্না কুপ্পা থন্নদুনা অনৌবা শৈরেংগী মশক পুবা শৈরেং কয়া খনগত্তুনা হাপ-চিনবদগী অনীশুবা চাউথোক্লবা খুৎনম অসি পুথোকপা ঙমজরে। মসিগীদমক বোর্ডকী মেম্বরশিংবু সমিতিগী মায়কৈদগী থাগৎপা ফোঙদোকচরি। লোয়ননা লাইরিক অসিবু এম, এ, মণিপুরীগী সেল্লেবসতা য়াওহনবীবগীদমক মণিপুর য়ুনিভরসিতিগী মরী লৈনবা

দিপার্টমেন্টকী মীওইশিংবু সমিতিনা থাগৎচরি। অনীশুবা থুংনম অমা পুথোক্লবগী আশা লৈজরবস্থু ফোঙনবগী মতাংদা সমিতিগী ওইনা অৱাবা কয়া লৈবদগী শ্রীশামুরাইলাৎপম গোপাল শর্ম্মানা চোংথোকপীরক্লনা লাইরিক অসিবু ফোঙদোকপীবগীদমক সমিতিগী মায়কৈদগী তৌবীমল খঙবা উৎচরি। লাইরিক অসিগী মথুম য়েকপীরকপগীদমক মণিপুরগী মশক নাইরবা আর্টিষ্ট শ্রীথোইদিংজম তোম্বী সিংহবুস্থু থাগৎচরি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা কবিশিং অসিগী বাইও-ডাটা ইবিরকপগীদমক শ্রীথাংজম ইবোপিশকপুস্থু থাগৎচরি। লোয়নবা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেংশিংবু ফোঙবদা য়াহনবীবগীদমক কবিশিংগী মফমদা সমিতিনা তৌবিমল খঙবা উৎচরি।

ইম্ফাল,
২ জুন, ১৯৯৩ ইং

শরতচান্দ থিয়াম
জেনরেল সেক্রেটরী

# য়াওরিবশিং

## রাহৌদোক

# রাহৌদোক

অয়াম্বগী মফমদা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অমা ফোঙবা তাববদি শ্রীএলাংবম নীলকান্ত, লাইশ্রম সমবেন্দ্র, নোংথোম্বম শ্রীবীবেন, রাজকুমাব মধুবীব, থাংজম ইবোপিশক অমস্তুং যুমলেম্বম ইবোমচা সিংহগী মিংশিং অসিনা মপুংওইনা হেক্তা নীংশিংনৈ। হায়রিবা মীওইশিং অসি মশা মশাগী শৈরেংগী লাইরিক ফোঙনহনা অনৌবা মণিপুবী শৈরেংগী খোঙচৎ অসিদা মশক তাক্নরবা কবি ওাক্তনি। মিং পবেংশিং অসিগা লোয়ননা ঐখোয়না য়াম্না কন্না ইবা হৌগৎলক্লিবা অহুবু চপচানা মশক তাক্লে হাযনদি লৌবা য়াম্রিবা অতৈ নহারোল্গ কবি কয়াসু হাপচিন্নবা হোৎনৈ। খুদম ওইনা, রনজিৎ দব্লিউ সনখ্যা ইবোতোম্বী অমস্তুং জ্যোতিবিন্দ্র লুরাঙ। হায়রিবা কবিশিং অসিবু অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অমদা হাপচিন্নবগী তোঙান তোঙানবা পাদম পুথোক্নবম্বদি য়াই। অহুবু কবিশিং অসিনা হান্নগী শৈরেংগী চৎনরক্লিবা মশক অমস্তুং মওঙ অমদি মহুনা অপাবশিংদা ফাওহনবা মহাউ অহু নত্তবা ইতোপ তোপ্পা শৈরেংগী মশক অমস্তুং মহাউ অমা পীবা ঙম্লে হায়বসি শৈরেং খোমজিল্লিবা মী খুদিংমক্কী চপমান্নবা মোতনি। মীৎয়েং অসিদগী য়েংলুবা তারবদি লাইরিক অসিগী মন্নুং চলহল্লিবা কবিশিং অসি হান্নগী চৎনরক্লিবা অমাদ লৌনরক্লিবা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশক অমদগী হোংদোকপা লৈতে। অহুবু মতাং অসিদা শ্রীকাঙজম পদ্মকুমার সিংহগী শৈরেং অমথক হাপচিল্লম্বা অসিনা অপাবশিংগী মফমদা অনৌবা শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অসিদা মপুংওইনা শৈবেং খোমজিল্লিবা কাঙবুশিং অসিগী মীৎয়েং অমস্তুং পান্দম অসি করিনো হায়বসি ময়েক শেংনা খঙহন্নমগনি নীংই। লাইরিক অসিগী মন্নুং চলহল্লিবা

শৈরেংশিং অসি কবি কবিশিং অতুগী খ্বাইদগী হেন্না ফবা শৈরেং নংলমদবা য়াই, অতুবু খঙ্গংলিবা শৈরেংশিং নত্রগা শৈরেং অসি মখোয়বু খোমজিল্লিবা মীওইশিং অসিগী মাঙদা থম্লিবা মীংয়েং অমসুং পাদম খরদদি চপচানা নকশিনবা ঙম্মে হায়বসি চেংনা থাজে।

মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা শৈরেংগী মশক অমা য়াম্না কন্না চঙলকপা হৌরকখিবসি অনীশুবা পৃথিবীগী লাঞ্জাওগী মতুংদনি হায়না লৌনরি। মতম অসিদগী হৌনা ঐখোয়গী সমাজ অমসুং পুন্সী অসিদা ইনৌ নৌবা মীংয়েং অমগা লোয়ননা য়েংবা হৌরক্লুনা ঐখোয়গী শৈরেংশিংদা অনৌবা ছন্দ, রাখল অমসুং মুদ অমা পীবা তম্বীরক্লি।) হান্নগী চাউবা অমসুং কমলগী মতমদা ফাওখিবা পুন্সীগী মীংয়েং ফিদম, পি-থাদোইগী নত্রগা তাম্নাগী ঈশৈদা থরায়না লুপ্পা ঙমখিবা, থম্বাল অমা নত্রগা রাকচীংগী গুলাপ অমগীদমক পি শীন্থনা কপখিবা মতুগী পুন্সী অমসুং মঙ অতুদগী তোখাইনা তারক্লি। অকিবা, লাঙতক্নবা, মুংনাংবা, মফম খঙদবা চৈনা, হংবগী লোইবা নাইদবা, লম্মাঙনরকপা অমদি নাইতোম তারকপা পুন্সীগী মশক, অসিনচিংবা চৈথেংশিং অসিনা অনৌবা শৈরেংগী মশক লাক্লনবা হোৎনরক্লি।/অসুম্না হোংলক্লিবা অনৌবা মুদ অমসুং এক্সপরিএন্সশিং অসিনা ঐখোয়গী অনৌবা সাহিত্য অমসুং কলাগী পুন্সীবুসু কোন-শিল্লক্লুনা মীওইবগী সভ্যতা অমসুং যুগ অসিগী অচৌবা রাহং কয়াদা ঐখোয়গী কবিশিংসু শরূক য়ারক্লি।)(হান্নগী মমাঙগী মীরোলশিংনা উরম্বা অমসুং ফাওরম্বা পুন্সী অমসুং সমাজগী মশক, ধর্ম্মদা অচেৎপা থাজবা লৈরম্বা, মোরেলিতিদা কাহেন্না রাখল পীরম্বা, অসিনচিংবা মশকশিং অসিদগী নোংম নোংমগী তোখাইনা তাহল্লক্লি। অসুম্না থাদোকপা ঙমত্রবা অচৌবা 'অহাঙবা' অমা ঐখোয়গী সমাজ অমসুং পুন্সী অসিদা উবা ফংলক্লি-- হান্নগী সমাজ অমসুং পুন্সী, মতুগা লোয়নরম্লিবা শক্তম কয়া তপ্না তপ্না মাঙশিল্লক্লি অতুগা মতুগী মহুৎতা অনৌবা সমাজ অমসুং পুন্সী অমসু মপুংফানা য়োরকপা ঙমদ্রি।

মসিগী 'অহাঙবা' অমসুং 'লম্মাঙনবা' মরক অসিদা নাইতোম ওইনা তরক তরক লেপ্তুনা অনৌবা লমদম অমসুং সমাজ অমগীদমক্তা লাঙতক্লবা হৌরক্লিবা মূর্ত্তি অসিনা লান মতুংগী মণিপুরী শৈরেংগী থরায় অমসুং থিম ওইরি। জাতি অসিগী তুংগী ভাগ্য বিধাতাগী-দমক্তা ঐখোয়গী কবিশিংনা লাঙতক্লরক্লি ঐখোয়গী থরায় অমসুং হকচাং অসিনা নীংথিনা পোত্থাজবা য়াবা পম্বুং অমা থিরক্লি, ঐখোয়গী অকোয়বদা লৈরিবা শক্তিশিং অমসুং মপালগী লমগী চৈথেং কয়ানা মচেং মচেং তানা তকখায়রক্লিবা হিংবগী চৈনা অসিগী মরক্তা ঐখোয়গী অশেংবা ইশক ঙাক্লনবা হোৎনরক্লি। মসিনা অয়াম্বা হেন্না নহা ওইবা কবিশিংগী অচৌবা থিমনি অমসুং মখোয়গী শৈরেংশিংগী থাদোকপা ঙমদ্রবা পোৎলূম অমনি। মসিগা লোয়ননা যুগ অসিগী অমসুং মীওইবগী হেন্না চাউবা অমসুং লুবা ৱাহং অমসুং সমস্যা কয়াদসু তোঙান তোঙানবা মীৎয়েংদগী শন্নক য়ারক্লি।

অসুম্না চথরক্লিবা অমদি হোংলক্লিবা থিম, এতমোসফ্যাব অমসুং মুদশিং অসিগী পবিংদা ইহান হান্না শৈরেং ইবা হৌরকখিবসি শ্রীএলাংবম নীলকান্ত সিংহনি। মণিপুরী সাহিত্যদা অনৌবা ছন্দ অমসুং অনৌবা মুদ ইহান হান্না ফোঙদোরকখিবনা কবি অসিনা ইহান হানবা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী লময়ানবনি হায়না লৌনরি। অহুবু শ্রীনীলকান্তগী শৈরেংশিংদা উরিবদি নীংবা কায়বা, আশা য়াওদ্রবা, থাজবা মাঙখ্রবা, লৈখা তানা মাঙলবা সমাজ অমসুং পুন্সীগী মশক অহু ঙাক্তা নত্তে। শক্তমশিং অসিদি য়েক্লবা হোং-নববসু পুন্সীগী ফজবা খবদি মাঙদা উহল্লি মুংশি মুংশিবা থাউমৈগী মঙালগুম। সমাজগী তৌশিন্নবা, অথীবা অমদি তুক্কচবা মশক কয়া থম্মোয়দা ফাওরবসু অমদি মহুগী অশেংবা মূর্ত্তি খরদি য়েক্লনবা হোৎনরবসু লোন্না নাপ্পদা শোনবগুম্বনি, ঈচঙ থৌনা লাউনা হায়বা ঙমদে। অহুবু মসিদসু কবিতাগী ফজবা অমদি তোপ্পা লৈজে। শ্রীনীলকান্তগী তোপ তোপ্পা কবিতাগী মশক অমদি তোঙানবা

ইমেজরি অমসুং মূর্ত্তি ময়াম লৌশিল্লগা য়াম্না ফজবা ওর্গেনাইজেসন অমা থম্বা ঙম্বা অসিনি। মসি মহাক্কী অয়াম্বা শৈরেংশিংদা তরু তরুনা উবা ফংবিগনি।

/অহুবু স্তাইল অমসুং টেক্নিকতা হেন্না মপুংফানা থোরকখিবা কবি অমদি শ্রীলাইশ্রম সমরেন্দ্রনি। মায়গৈ অসিদা সমরেন্দ্রদি মণিপুরী সাহিত্যদা অকনবা ফোর্স অমনি। শ্রীসমরেন্দ্রগী অয়াম্বা শৈরেংশিংদি পরেং খরতনা শাবা, অতেনবা শৈরেং ঙাক্তনি অহুবু অর্থ মপুংফানা খঙদ্রিবৈদা অমসুং নৈনদ্রিবৈদা মহাক্কী স্তাইল অমসুং টেক্নিক অসিনা ইনুংদা নুংঙায়বা অমা অপাবশিংদা পী। মসি ইচম চম্বা খুদোল নত্তে।/ লাইশ্রম সমরেন্দ্রগী অতোপ্পা য়াম্না ফজবা টেক্নিক অমনা অকোয়বদা উরিবা সমাজগী অর্থীবা মূর্ত্তিশিং অসি উৎননবা হোৎনরকপা মতমদা অশাউবা উৎপগী মহুৎতা করেম্নবা, কপ্পগী মহুৎতা গত্তি লৈতনা নোক্লনবা হোৎনরকপা অসিনা অপাব-শিংগী মফমদা ঈ থোকহন্দনা চৈক্ু অমা পীতুনা অকোয়বদা থোক্লিবা থৌদোকশিং অসিদা ৱাখল খলহন্নবা হোৎনরকপা অসিনি। মরম অসিনা ইচম চম্বা থৌদোক অমসুং মীশকশিংনসু সমরেন্দ্রগী শৈরেং-শিংদা অচোবা শরুক লৌরি। মসিগী মতাংদা সমরেন্দ্রনা শীঞ্জিন্নরিবদি য়াম্না অশেংবা নত্রগা ফজবা পোৎশক অমগা মতুগী ওন্নতৈনবা নত্রগা নোকহনবা ঙম্বা থৌদোক অমগা পূন্না থম্মিন্নবগী টেক্নিক অসিনি। মসিগী মশক অসি কবি অসিগী অয়াম্বা শৈরেংশিংদা থেংনগনি।

অহুবু অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশক অসিদি শক্লোন কয়া থোরক্লি। শ্রীবীরেনদগী হৌনা চথরক্লিবা অনৌবা শৈরেংগী থোঙচৎ অসিদনা হেন্না অকনবা ফোর্স, মূভমেণ্ট অমসুং লাইফ, মৈরিথোক্লা চাক্লিবা নুংগী অশাওবা মশক কয়া হেন্না থৌনাফনা অমদি ইতিং তিংনা ফোঙদোরকপনা অনৌবা কবিতাগী মূভমেণ্ট অমা মণিপুরী শৈরেংদা চঙশকপা হৌরে হায়না লৌবা য়াই।

মুভমেণ্ট অসিগী মন্নুংদা শ্রীবীরেন, থাংজম ইবোপিশক, রনজিৎ ডব্লিউ অমসুং য়ুমলেম্বম ইবোমচা য়াওরি। অতুবু কবিশিং অসি পুন্না ফম্মিন্নরুবদনি, তোঙান তোঙানবা মশক অমসুং মায়থোঙনি।

শ্রীবীরেনগী তোপ তোপ্পা মফম অমা মণিপুরী সাহিত্যদা লৈবা তারবদি য়াম্না ইচঙথৌনা চোপ্পা লেম্বা অমসুং ফজবা অথীবগী রাফম অসি হুন্দোক্লগা অকোয়বদা থেংনরিবা পুন্সীগী অচুম্বা অসি ইতিং তিংনা থম্মোয়দা ফাওরকপা লোন্দা অমসুং মশক্কা তম্বা ঙম্বগী গুণ অসিনি। মায়গৈ অসোমদা মহাক অসি, মথক্তা হায়জখিবগুম্না মণিপুরী সাহিত্যদা ইনৌ নৌবা স্কুল অমসুং মুভমেণ্ট অমবু রিপ্রজেণ্ট তৌরি। সমাজগী তৌশিন্নবা অমসুং ওইদবা ময়াম অসিগী রারী থম্মোয়শোক্লা লীবগী মহুত্তা য়াম্না শাওরিবা নহা অমগী মশক্তা হায়নীংবহু হায়রকই ঙাঙনীংবহু ঙাঙলকই। মসিনা হাম্না চৎনরম্বা সাহিত্যগী চেৎলবা য়ুম্ফম অমবু মখোঙদা নীকহনবা হৌরকই। লম্মাঙনরকপা পুন্সীগী মশক, শম্নদ্রবা মচেৎ মচেৎ কায়শিল্লক্লিবা পুন্সীগী এক্সপরিএন্স, পাউখুম ফংদ্রবা রাহং কয়া, ক্রাইশিস অফ আইদেনতিতি অসিনচিংবা শক্তমশিং অসিসু শ্রীবীরেনগী কবিতাগী মপুংওইবা থিম অমসুং থরায় ওইরি। হিংনা হিংনা পুন্সাগীদমক মিপাইরকপা, পল্লেপফম খঙদ্রবা খোঙচৎকীদমক লাঙতক্লরকপা, ঈশ্বর শিগ্রবদা মীওইবনা ওইহৌবা অহাঙবা অমসুং নাইতোম তারকপগী মশক, খোঙদাফম অমসুং লৈতাফম খঙদবা পুন্সীগী মূর্তিশিং অসিসু মহাক্কী শৈরেংশিংদা অনৌবা নত্তে। অসুম্না হেন্না চাউবা অমদি পাক্লবা মূর্ত্তি অমগী মন্নুংদা ইশাগী লৈহাউ অসিদগী ফংলকপা এক্সপরিএন্সশিং অসি হাপচিন্দুনা অপূনবা শক্তম অমা শেমলক্লবা হোৎনরকপা অসি শ্রীবীরেনগী ফজবা মশক অমনি।

(থাংজম ইবোপিশক্কী শৈরেংশিংগী মপুংওইবা শক্তমদি বিজ্ঞাননা হোংহল্লক্লিবা পুন্সীগী নাইতোম তারকপা রাখল, থাইনগী শাগৎপ্রবা ভেল্যুজ কয়াবু মরুফুক্লা মাঙশিল্লকপগী মশক, মীওইবনা মহাক্কী

অকোয়বদা লৈরিবা ইনভাইরনমেন্ট অসিগা চুশিন্নবা ওমলক্কবা তোথাইনা তারকপগী মূর্ত্তিশিং অসিনি। মসিগী মূর্ত্তি অসিগা লোয়ননা নহা ওইরিবা কবি অসিনা হংলকই রাহং কয়া ধর্ম্মদা, চৎনবীদা, রাজনীতিদা অমদি ঐখোয়গী লৈঙাকলোন অসিগী পেন্দবা মশক কয়াদা। ঐখোয়না অচুম্বনি হায়দুনা থাদোক্কনা কোন্দুনা ধর্ম্মগী মশক অমদি লম অসিগী মীওইশিংগী ভাগ্য বিধাতাবু কূপ্পা শেন্নদুনা লৈরিবা ঐখোয়গী মীহুৎনি হায়দুনা চোংথোরক্লিবা লৈঙাকলোন পুরিবশিংগী মায়োক্তা অচৌবা শীংনবা অমা য়াম্না ইচঙথোনা পুখৎলকই। অদুবু করিগুম্বা মতাং খরদদি নীংবা কায়বা, তুক্কচবা, জ্ঞান তারক্কবা অমদি চমম্নরকপা পুন্সীগী মশক নত্তনা কবি অসিগী মাঙদা করিমত্তা লেমহৌদ্রবগুম ফাওরকই। মসিনা হেন্না লৃবা অমদি মনুং হুনজিনবা রাখলগী খোঙচৎ অমদা চঙশিল্লক্নুনা লেঙদ্রবা কবিতাগী মশক খরদি মতুংদা উহল্লক্কনি হায়বসি চেৎনা থাজে।

শ্রীযুম্লেম্বম ইবোমচা সিংহস্না চপমান্নবা মচ অসিদা শঙমিন্ন বকপনি। অদুবু মহাক্কী শৈরেংশিংদা থাদোকপা ওমদ্রবা 'রোমানতিক এংগুইস' অমা ইরোয়দ লোয়নদুনা পুরকপা অসিনা কবি অসিবু সমাজগী অথৌবা অমদি তুক্কচবা শক্লোন কয়াগী অচৌবা সমালোচক অমা ওইহনবগী মহুৎতা হেন্না ফজবা, মপুংফাবা অমদি মচা খায়না লেংশিল্লবা পুন্সীগী মশক অমগীদমক লাঙতক্লরিবা রোমান্তিসিষ্ট অমা ওইনা ফাওহল্লি। অদুবু করিগুম্বা মতাং খরদদি য়াম্না নীংবা থাযনা ফজবা, অচুম্বা অমদি অফবা পুম্নমক মাঙখ্রবদা ওইহৌবা পুন্সীগী মশক অদুদগী ফংহৌবা তপ্না তপ্না লৈখা তারকপগী মহাউ অমসু মহাক্কী শৈরেংনা পীরকই। মসিনা মায়গৈ অমরোমদা সমাজগী মুংদা চাকথেকলক্লিবা অমদি তপ্না তপ্না শিথরক্লিবা পুন্সীগী মশক অমবু থিন্দুনা উৎলকপনি। পুমথরক্লিবা পুন্সী অমসুং সমাজগী মশক অসি উৎসক্লবা হোৎরকপদা ইশামক্কী পুন্সীবুসু রাংনা

চাক্লিবা মৈরি অমগী মন্নুংদা চোংশিন্দুনা মাঙহন্নবা হোংনরকপা অসি, প্রমান অমরোমদা, পেন্দবা অমদি নীংবা থুংদবা কয়ানা কূপ্লিবা সমাজগী মায়োক্তা খুন্নকপা লমন অমনি। মসিনা থরমখৈদি য়ুমলেম্বম ইবোমচাগী কবিতাগী মশক তাক্লি। মসিগা লোয়ননা মহাক্কী শৈরেংশিংনা যুগ অসিগী থাদোকপা ঙমদনা লোয়নরক্লিবা রাখল অমস্নুং মুদ কয়াদস্নু শরূক য়ারি।

শ্রীরাজকুমার মধুবীর অমস্নুং রনজিৎ দল্লিউগী শৈরেংশিংস্নু অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী চখরক্লিবা খোঙচৎ অসিদা তোপ তোপ্পা শরূক য়ারক্লি। অকোনবগী কবি অসিমদি মশাগী লনাইগী লাইরিক ফোঙছনা হেন্না নীংথিনা নৈনবগী তাঞ্জা ফংদ্রি। অদুবু মহাক্কী শৈরেংশিংদা অনৌবা ছন্দ অমস্নুং অনৌবা মুদ অমা পীরকপনা মণিপুরী শৈরেংগী অনৌবা খোঙচৎ অসিগী মন্নুংদা য়াম্না লায়না কোনশিনবা ঙম্লি। শ্রীরাজকুমার মধুবীরগী অয়াম্বা শৈরেংশিংদা যুগ অসিনা পুরক্লিবা মহাউ য়াওরক্কবা, হৈনীংবা পুন্নমক মাঙখিবা, ইশামক অমস্নুং অকোয়বদা লৈরিবা পোৎশক খুদিংমকপু থাজনা উবা ঙমলক্কবা তপ্পা তপ্পা মীওইবনা মহাক্কী চেৎলবা খোঙফম অসিদগী হন্দোরক্কুনা অমম্বা খোঙচৎ অমগী মন্নুংদা চঙবা হৌরকপগী মূর্ত্তি অসিনি। মসিনা মহাক্কী শৈরেংশিংস্নু অনৌবা যুগ অসিগী শরূক অমা ওইহল্লক্লি। মখোয়শিং অসিগা লোয়ননা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচৎ অসিগী মন্নুংদা তোপতোপ্পা মশক অমস্নুং ছন্দ অমগা লোয়ননা য়াওবা হৌরক্লিবা কবিশিংদি শ্রীকাঙজম পদ্মকুমাব, সনখ্যা ইবোতোম্বী অমদি জ্যোতিরিন্দ্র লূরাঙ অসিনচিংবনি।

হায়রিবা কবিশিং অসিবু অনৌবা শৈরেংগী খোমজিনবা লাই-রিক অসিগী মন্নুংদা হাপচিনবগী মতাংদা শৈরেং খোমজিল্লিবা কাঙবুশিংগী মায়গৈদগী পাদম অমা অস্নুম্না লেপ্পি মতুদি—(ক) চাউবা কমলগী কাঙলুপকী শৈরেংগী মতুংগী শৈরেংশিংগী ওইগনি

(খ) অনৌবা খোঞ্জেল তাবা ফংবা শৈরেংশিং ওইগনি। (গ) অতৈ লোলগী শৈরেংশিংগী মমি য়াম্না তাবা শৈরেংশিংদি খনবদা কয়া থৌশারোই। (ঘ) জেম্ন্যন ওইবা শরুক য়ারিবমখৈ চ্যেকশিন্না থিগনি। (ঙ) থিমদি মখল মখাগী ওইগনি।

ইশম শয়া হায়রবদা, অনৌবা ছন্দ অমস্তুং অনৌবা মুদ অমা পীনবা হোৎনবনা অনৌবা শৈবেংগী খোমজিনবা লাইরিক অসিগী মপুংওইবা মীৎয়েং অমস্তুং পান্দমনি। মসিনা শৈরেং খোমজিল্লিবা কাঙবুশিংগী পুক্নীংদা ফাওবিবা "অতোপ্পা খোঞ্জেল" অমা অপাব-শিংদস্তু তাহনবা ঙম্লবদি, ঐখোয়গী থম্মোয়দা লাঙতক্লরিবা খরমখৈদি কোকহনবা ঙমলে হায়না লৌজগনি।

হাওবম গৌরদাস
থোকচোম যোগেন্দ্র
নোংথোম্বম শ্রীবীরেন
লোংজম জয়চন্দ্র

## ২শুবা খুৎলমগী মতাংদা য়াহৈ খরা

"অভোম্বা খোঙ্গেল" শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অসি অহানবা কোঙখিবা ইং ১৯৭৫ গী মে থাদনি। 'অনীশুবা চাউথোক্লুবা খুৎলম (*Revised and enlarged edition*) ওইনা চহী '১৮ গী মতুংসিদা অমুক পুথোক্লি। অহানবা খুৎলমগী লাইরিক অসি লৈখিদ্রবা মণিপুরী সাহিত্যগী সমালোচক অনী হাওবম গৌরদাস সিংহ অমসুং থোকচোম যোগেন্দ্র, অদুগা কবি শ্রীবীরেন অমসুং অনীশুবা খুৎলম অসিগীসু বোর্ডকী মেম্বর ওইনা লৈরিবা লোংজম জয়চন্দ্র— মীওয় মরিনা বোর্ড ওফ ইদিটরসকী মেম্বর ওইবিদুনা পুথোকখিবনি। ২বা খুৎলমগী বোর্ডনা ইবিরম্বা লাইরিকসিগী য়াহৌদোক অনীশুবা খুৎলম অসিদসু কায়দনা অদুমক থমজরি।

হৌখিবা খোঙচত্তা অহোংবা কয়া লাকখ্রে; অনৌবা কবি কয়া থোরক্লে অমসুং শৈরেং লাইরিক কয়া ফোঙনখ্রে। হোংলক্লিবা শৈরেংগী খোঙচং অসিগা চান্নবা য়েংদুনা লাইরিক অসিগী অনীশুবা খুৎলম অসি মশক মওঙ হোংদুনা চাউথোকহল্লে। হান্না য়াওরিবা কবি খরগী শৈরেংশিংগী মথক্তা অনৌবা শৈরেং খরা হাপকৎলে; অমৌবা থোরকপা কবিশিংগীসু, চহী নৌরিবা মহারোগ কবিশিং-ফাওবা য়াওমা য়ারিবমখৈ কোক্লিন্নবা হোৎনদুনা, মথোয়গী শৈ-রেংশিং হাপচিল্লে। হান্নগী খুৎলমদগী হোংলকপা অমনা— নুপী কবি মরিগী শৈরেংশিংসু অনীশুবা খুৎলম অসিদা য়াওরি।

আধুনিক মণিপুরী শৈরেংগী ঈচেল অসি অনীশুবা পৃথিবীগী লান্জাও মতুংদগী অদী থোক্লা লাকই। (লাইরিক অসিগী ১বা খুৎলমগী য়াহৌদোক য়েংবিয়ু) চাউবা, কমল অঙাংগুলনচিংবা

খুৎমাবা কবিশিংনা শাগৎলম্বা রোমান্তিক কবিতাগী পরম্পরা ইন্দুনা চত্থরিবা কবিশিংগী শৈরেংগী ঈচেল অমা ; ইং ১৯৪৯ গী মতমদগী হৌরকপা শ্রীনীলকান্ত অমসুং শ্রীসমরেন্দ্রনা মাঙজিন থাত্নুনা শেমগৎলকপা অনৌবা শৈরেংগী ঈচেল অমা ঈচেল অনীমক্তা ঐখোয়গী কবিশিংগী শৈরেংশিং লেপ্তুনা খূদোল তমত্নুনা লাক্লি— অহল্লোন কবি অয়াম্বনা নহারোল খরস্থ য়াওদবা নত্তে) হান্নগী শৈরেংগী পরম্পরাদা পামজনা ইল্লি ; নহারোল কবি অয়াম্বনা শৈরেংগী ঈহৌদা শরূক য়ারি।

লান মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশক্তি নোংচুপকী শৈরেংগী ( থোইদোক্না ইংলিশ কবিতাগী ) মোডর্নিজমগী মশক, মচু, খোঞ্জেল অমসুং মরমচৎ চেল্লি। শৈরেংশিং অসিদা মণিপুরগী সমাজিক, রাজনৈতিক অমসুং শেলথুমগী ফীভমশিং অমসুং মসিগা শাগোল্লবা সমস্যাশিংগী হাকথেংনবা মমিশিং তাবা ; মণিপুরীগী ওইবা ট্রেডিসন, কলচর, ধর্ম্ম অমসুং মসিগী অপূনবা ইথোজদা মীৎয়েং থিংজিনবা ; শৈরেংশিংগী কল্পনাগী শেমগৎ শাগৎপদা *(creative imagination)*, অশেংবা অওইবা মতৌ *(reality)* গা নকশিন্নবা থোং মান্নবা চৎমিন্নবা ; মরমচাবা *(reason)* মীৎয়েং লৈবা ; ইমোসন অমসুং ইন্তেলেক্ট অনী খল মান্নহনবা ঙম্বা ; যুগকী মতমগী ওইবা ঈরাংশিং অমসুং পৃথিবীগী অহোংবা অওনবা ইন্তেলেকচুয়েল এটমোসফ্যারদা মীৎয়েং থিংজিনবা ; মতম সিগী মীওইবগী সুংগী ফীভম অমসুং মীওইবগী মমলদা *(human values)* লুপশিন্দুনা থিবা অমসুং রাহং কয়া তৌবা— অসিনচিংবা শৈরেংগী মরমচৎশিং উবা ফংই। হান্নরিবা মরমচৎশিং অসি চেনবনা ( কবি কবিগী ওইনা অথোই অহেন চাং খেন্নববস্থ ) অনৌবা মণিপুরী শৈরেংনা মোডর্নিতিদা চঙলে হায়না লৌবনি।

ঐখোয়গী কবিশিং অসিগী থাদোকপা ঙমত্রবা অত্তোপ্পা শৈরেংগী মরমচৎ অমনা— রোমান্তিক ওইবা পূক্নীং ঈহুন, সেন্সি

:রিলিটি অমসুং মসিগী এলিমেন্তশিং য়াওরা অসিনি। মসি ঐখোয়গী অনৌবা শৈরেংগী কাওলুপ্তা চনবা কবি অরাম্বগী শৈরেং-শিংদা অথোই অহেন নাইনা লৈবা থেংনৈ। অনৌবা শৈরেংগী মাওঙ্জিন থাবা কবি নীলকান্তদা রোমান্তিক সেন্সিবিলিটিদগী পোক্লকপা শৈরেংশিং য়াওরি — চংলসিনে কদাইদনো ইবানি ; নীং-শিংলিবরা মন্নোরমা ; নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী ; ওসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা ( শৈরেং মরিমক "চংলসিনে কদাইদনো ইবানি" দা য়াওই ) ; অসিনচিংবা। শ্রীসমরেন্দ্রগী অঙনবগী শৈরেং 'লৈ লাংবা' ( অহানবা ফোঙবা ইং ১৯৪৬ ) রোমান্তিক এলিমেন্ত য়াওবা লিরিক কবিতানি। মহাক্কী 'অহলগী মতুং ইন্নুবা' ; 'ধন তাং তাং' ; ( "রা অমতা হায়গে তেলঙ্গা" ) ; 'শজিবু' ( "পরিষদকী মণিপুরী শৈরেং লাইরিক" ) ; 'ঈশৈ' ( "থুল অমগী রারী" )— অসিনচিংবা রোমান্তিক সেন্সিবিলিটিদগী পোক্লকপা শৈরেংশিংনি। শ্রীকাঙজম পদ্মকুমার সিংহদা রোমান্তিক অমসুং মোডর্নিজমগী শৈরেং মথল অনীমক পুন্না লৈ। শ্রীবীরেনগী অঙনবগী শৈরেংশিং 'ঐগী ঈশৈ' অমসুং 'থরায়গী লমদমদা' ( "লাই অমগী বিন্দু," ইং ১৯৬৬ ) দগী হৌরগা "মপাল নাইদবসিদা ঐ" ( ইং ১৯৮৯ ) লাইরিক্তা য়াওরা শৈরেং খরদা, খরনা চপচানা রোমান্তিক ওইবা, খরদনা মসিগী এলিমেন্ত চঙবা থেংনৈ। রাঃ কুঃ মধুবীরগী শৈরেংশিংদসু ( থোই-দোক্লা "মচু মচুগী আতিয়া" শৈরেং লাইরিক্তা ) রোমান্তিক শৈরেংশিং য়াওবি। অতুগা লাইরিক অসিগী বোর্ড ওফ ইদিটরসকী মেম্বর ওইরিবা কবি অনী ইবোপিশক অমসুং ইবোমচাগী শৈরেংশিংদা— ইবোপিশক্তা মাগী অহানরা শৈরেং লাইরিক "অপাইবা থরায়" দগী হৌদুনা মতুং তারকপা শৈরেং খরফাওবদা রোমান্তিক চপচানা ওইবা নত্রগা মসিগী এলিমেন্ত চঙবা ; ইবোমচাগী অঙনবগী শৈরেং-শিংদা 'রোমান্তিক এংগুইশ' য়াওবা ( ১বা খুৎনমগী রাহৌদোক যেংবিয়ু ) , অতুগা মাগী অকোনবা ফোঙবা শৈরেং লাইরিক "রাজ-

মুখারী অমসুং উচেক মচাশিং অসিগী শৈরেং থরদসু রোমান্তিক এলিমেন্ত চঙবা থেংনৈ।

ঐখোয়গী কবিশিংনা রোমান্তিসিস্ত ওইরবদগী মোডর্নিস্ত ওই-রকপা অমসুং মোডর্নিস্ত ওইনা হৌরকপা রোমান্তিসিজমদা থৈদরকপা অতুপ্পক উবা ফংই। অতুনা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী হোৎনজন্নবা শায়রশিংদা, চপচানা রোমান্তিক ওইবা নত্রগা অসিগী মচাশিং (romantic elements) য়াওবা শৈরেংশিং অসিগীসু মখল অমা কন্দুনা লাক্লে হায়বা ঐখোয়না খনই। অহুবু কবিশিং অসিগী রোমান্তিক ওই নত্রগা রোমান্তিক এলিমেন্ত য়াওই হায়রিবা শৈরেং-শিং অসি চাউবা কমলগী মতমগী রোমান্তিক শৈরেংশিংদগী তোংঙান্নি। অকোনবগী কবিশিং অসিগীনা মতমগী পুন্সী অহিংগা শাগোন্নবা রোমান্তিক সেন্সিবিলিটিদগী পোরকপা শৈরেংশিং ওই-রবসু নত্রগা চপচাবা রোমান্তিক ওইবা পুন্সীং ঈহৌদগী থোরকপা (intense romantic feeling) শৈরেং ওইরবসু— কোক্ত-লোকপগী মওং, স্টাইল অমসুং টেক্নিক্তা হায়দগী পুমহোং হোংবা, সিম্বোল, ইমেজরী অমসুং এলুজনশিং শীজিন্নবদা মৌবা ( চাউবা-কমলগী মতমগীগা থেন্নবা ) উবা ফংই।

অতুনা চংথরক্লিবা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশাক মওংঙগা চান্নবা বোর্ড ওফ ইদিটরসনা য়াম্না কুপ্পা থন্ন-নৈমন্নবা মতুংদা লাইরিক অসিগী অনীস্সুবা খুৎমমগী অনৌবা ক্রাইটারিয়া মথাগী অসুম্না লেপ্পি:—

১) চাউবা— কমলগী কাঙলুপকী মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী থোমজিনবা লাইরিক ওইগনি।

২) লাইরিক অসিগী মসুং চনগদবা কবিশিং খনবদা, কবিশিং অহুগী চথরক্লিবা শৈরেংশিংগী মপুং ওইবা মশক্তগী লেপ-কনি। কবিশিং অহুগী শৈরেংশিংগী মপুং ওইবা মশক্তা মোডর্নিস্তগী মশাক চেনগদবনি।

৩) শৈরেংশিংগী থীম (theme) দি মখল মখাগী ওইগনি।

৪) শৈরেংশিংগী থীম মখল মখাগী ওইনা রেংলকপদা রোমান্তিক থিমদা ইবা শৈরেং থরস্থু কোনশিনবা য়াই। তৌবতবু রোমান্তিক ওইবা শৈরেং অহু ফোঙদোকপদা অনৌবা টেক্নিক অমস্থুং ষ্টাইল শীজিন্নবা (চাউবা-কমলগী কাঙলুপকী শৈরেংশিংগী মফোঙদোকপী খেন্নবা) ওইগদবনি।

৫) য়াওগদবা শৈরেংশিংগী মশাগী ওইবা মশক (authenticity) চেকশিন্না থিগনি। অতৈ লোলগী শৈরেংশিংগী মথি তাবা শৈরেংশিংদি থন্নবদা য়াওরোই।

৬) শৈরেং লাইরিক অসিনা তম্নবা লাইরিক (text book) ওইরবনিনা, শৈরেংশিং থনবদা য়ারিবমখৈ তম্বা য়াগদবা অকবা শৈরেংশিং য়েংহন্না খনগনি। শৈরেংশিংগী ভাব পরিংদা লংলা লংজিন মাঙদবা (obscure ওইদবা), অচোপ্পা ৱাহৈশিং অমস্থুং ইমেজরী (obscene words and imagery) য়াজবা য়ারিবমখৈ চেকশিন্না য়েংগনি।

৭) লাইরিক অসিগী অনীস্থুবা খুৎনমদা নৌনা হাপচিনগদবা কবি পূন্নমক য়ামদ্রবদা মশাগী শৈরেং লাইরিক অমমম ফোঙলবা ওইগদবনি।

(অহানবা খুংনমগী ৱাহৌদোক্তা য়াওরিবা হান্নগী ক্রাইটারিয়াস্থু য়েংবিয়ু)

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা কবিশিংগী মন্থুংদা—সমরেন্দ্র, নীলকান্ত, পদ্মকুমার, মধুবীর, শ্রীবীরেন, ইবোপিশক, ইবোমচা, ইবোভোম্বী, রনজিৎ অমস্থুং জ্যোতিরিন্দ্র লুৱাও; কবি তরা অসি অহানবা খুৎনমদগী য়াওরকুবা কবিশিংনি। কবিশিং অসিগী মন্থুংদা কবি খরদি মথা অবা ইরক্তবা থেংনবিগনি। অহু ওইরবস্থু, মতম অহুগী শৈরেংগী মশক লাকপা ওন্নবা মখোয়গী শৈরেংশিং অহুম

কায়দনা থল্লি। কবিশিং অসিগী মনুংদা কবি থরগীদি হান্না য়াওরম্বা শৈরেংশিংগী মথক্তা অনৌবা থরা হাপচিল্লি। মখোয়শিং অহুদি— সমরেন্দ্র : মূর্ত্তি (লাঃ ৯), নীলকান্ত : মস্তাল (লাঃ ২১); ইমাগী মন্দির (লাঃ ২২); কাঙজম পদ্মকুমার : উচেক মচা অমগী মঙলান (লাঃ ২৫); মূর্ত্তি অমা (লাঃ ২৬); রাঃ কুঃ মধুবীর : উরক নারকসিদা (লাঃ ৩৬); লাম্বোকখিনবা মফমসি (লাঃ ৩৮); শ্রীবীরেন : মপাল নাইদবসিদা ঐ (লাঃ ৫১); ইবোপিশক : ঐ অমসুং ঐগী ইমা (লাঃ ৬০); ইবোমচা : হন্নুবী অমসুং পোস্তর (লাঃ ৭৬) শৈরেংশিং অসিনি।

লাইরিক অসিগী অনীস্সুবা খুংনম অসিদা নৌনা হাপচিল্লকপা কবিশিংনা— শ্রীসোগাইজম ব্রজেশ্বর সিংহ (লাঃ ৮৪) দগী ৌরগা শ্রীশরতচান্দ থিয়াম (লাঃ ১৩২) ফাওবদা লৈরিবা কবি ১৮ অসিনি। হান্নগীপা থারগা পুন্না কবি ২৮ অনীস্সুবা খুংনম অসিদা য়াওরি। অপুনবা শৈরেংগী মশীংনা ৭১ নি।

অনৌবা ক্রাইটারিয়া অসিগী অনীশুবা কায়াত্তা পল্লিবা— 'লাইরিক অসিগী মনুং চনগদবা কবিশিং খনবদা, কবিশিং অহুগী চথরক্লিবা শৈরেংশিংগী মপুং ওইবা মশক্তগী লেপকনি। কবিশিং অহুগী শৈরেংশিংগী মপুং ওঈবা মশক্তা মোডর্নিতিগী মশক চেনগদবনি' হায়বা পাদম অসিদগী কূপ্না য়েংবদা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা কবি থরগী মতাঙদা বোর্ড ওফ ইদিটরস অসিনা য়েংজবা মীৎয়েংশিং থমজরি।

অহানবা খুংনমদগী য়াওরক্লবা কবি পদ্মকুমারগী শৈরেংশিংগী মপুং ওইবা মশক্তা য়েংবদা অপাম্বশিংনা শোয়দনা হংবিনীংগনি— মহাক রোমান্তিসিষ্ট অমরা নত্রগা মোডর্নিষ্ট অমরা? মথক্তসু পঞ্জগ্রে শ্রীপদ্মকুমারগী শৈরেংশিংদা রোমান্তিক অমসুং মোডর্নিজমগী মশক অশীমক লৈ। মহাক্কী রোমান্তিক ওইবা শৈরেংশিংগী মনুংদা শৈরেং থরদা মতমগী পুন্সী মহিংগা শাগোল্লবা মশকশিং য়াওরি—

পুরূীংগী ইথক ইহুনশিং. মুদ অমসুং সেন্সিরিলিতিদা রোমান্তিক্কী মরমচং চেল্লবসু, মাগী অকোয়বদা থোক্লিবা সমাজগী অশেংবা মশকশিং ফীভমশিং অসিগা লাপথোক্লবা লৈতনা চৎমিন্নে। সমাজ-দগী চপচানা নাথৈরব', এসকেপিষ্ট ওইরবা, রোমান্তিসিষ্ট নত্তে। অহুগা কবি অসিগী শৈরেং কয়া অমনা মোড নিতিগী মশক লৌই।

শ্রীমতী ভানুমতীগী অকোনবা ফোঙলকপা শৈরেং লাইরিক "কল্লবা ইরৈ 'মদা অসুম অসুম" গী অয়াম্বা শৈরেংশিং য়েংলগা, মঙোন্দসু মোড নিতিগী মরমচং চেনবা শৈরেং কয়ামরুম য়াওবা উব-দগী, লাইরিক অসিদা মহাক্কী শৈরেংসু হাপচরি। মতৌ অসিগুম্বা শ্রীমতী ইবেমপিশক দেবী, মেমচৌবী, বরকন্যা— রোমান্তিক্কী মশক্কা কোন্না কোন্ননা মোড নিটিদা চঙশিল্লক্লিবা, মশাগী ফীরেপ তাল্লক্লিবা কবি ঙাক্তনি।

কবিশিংগী মপুং ওইবা শৈরেংশিংগী মশক্তগী য়েংবদা, রোমান-তিক্কী পরম্পরাদা চপচানা চঙবা, মখোয়গী শৈরেংগী মফোঙ-দোক্তসু চাউবা-কমলগী মতমগীগা অহুমক মান্ননা থোকপা, মণিপুরগী মনুং অমসুং মপানগী কবি খরদি ( মখোয়গী পোৎথোকশিং য়েংবদা তশেংনমক শীংথানবা য়ারবা, মণিপুরী শৈরেংগী লমদা মমিং পল্লরবা কবিশিং য়াওরি ) লাইরিক অসিদা কোনশিনবা য়াথিজ্রে।

লাইরিক অসিগী শৈরেংশিং খল্লবা হোৎনবদা খৌজ্রিক ফাওবদা ফোঙলক্লিবা মণিপুরী শৈরেংগী লাইরিক অফংবমখৈ বোর্ড অসিনা কৃপা পাহুনা, মতম য়াম্না চঙনা, মিতিং কয়ারক তৌহনা কবি অমমমগী তোংঙান তোংঙানবা লাইরিকশিং নৈনহনা য়েংজখি। অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী লময়ানবা কবি অনীদগী হৌরগা, মশাগী মশক লৈরবা, ইস্তাব্লিশ তৌরবা কবিশিং লাইরিক অসিদা য়াওরে। অনৌবা হাপচিল্লক্লিবা কবিশিংগী মনুংদা খরনা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী লমদা চহী খরসিদা মশা মশাগী মফমশিং কনরা হৌরবা, মশাগী শৈরেংগী মশক, খোঞ্জেল লৈরবা কবিশিংনি। অহুগা কবি

খরনা ( য়াম্না নহা ওইরিবা কবিশিং য়াওরি ) মশা মশাগী শৈরেং লাইরিকশিং ফোঙনরবা, চপচাবা মশাগী ওইবা শৈরেংগী মশক লৈরবা কবিনি হায়রবা য়াত্রবসু, ফোঙখিবা মখোয়গী শৈরেংশিংগী মশীং অমসুং মগুণ য়েংবদা শীংথানবা য়ানা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচত্তা শরুক য়াবা হৌরক্লিবা শৈরেং ইবা মীশক ঙাক্তনি। মখোয়গী শৈরেংশিংদসু মণিপুরী সমাজগী মশক রিএলিষ্টিক ওইনা উৎপা ; মতমগী পুন্সী মহিংগী ( কন্তেম্পরেরি অমসুং মোর্ডর্ন ) সমস্যা কয়াদা মীৎয়েং থম্লরুবা হোৎনবা ; বিজ্ঞানগী অমসুং টেক্নোলোজিগী খোঙচৎকা কোন্নবা মীওইবগী অওনবা অহোংবা ফীভমশিংবু মশাদা ফাওবা ঙম্নবা হোৎনবা ; মখোয়গী শৈরেংশিংনা অপাবশিংগী পুক্নীং চিংশিনবা ঙম্নবা ঙাক্তনি। অতুনা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী এন্থোলোজি অসিদা মখোয়গী মফমসু পীবা হোজবনি ।

এন্থোলোজি অমদা য়াওগদবা শৈরেংশিংগী মথং মনাও শেম্বদা, কবিশিং অতুগী মশাগী চহীগী অহল নহাগী মতুং ইন্না শেম্বা ( অহন্না মকোক নহানা মমৈদা লাকপা ) নত্রগা য়াওগদবা শৈরেংশিংগী হীরম *(thematic contents)* য়েংলগা শেম্বা, মওঙ অনী অসিদগী অমা লৌবা চৎনৈ। অহুবু লাইরিক অসিদদি মওঙ অনী অসিমক অমত্তা থোকখিদ্রে। শৈরেং খন্নবা হোৎনবদা মতম শাংনা চঙখিবা, প্রেসতা ছাপা তৌবা খৌনা হৌনা শৈরেং মথং মথং খল্লকপা, অতুনা কবিশিংগী চহী নহা অহল য়েংদনা ( মখোয়গী শৈরেংশিংগী সেট সেটতি কায়দনা থম্মি ) হান্না হান্না খনবা কবিশিংগী শৈরেংনা মমাঙ থাবা তাখি। ভহা ভহাবা থৌদৌ অসিনা লাইরিক অসি ঐখোয়না পামজবা মওঙ অতুমক্তি চপচানা তাথিদ্রে। ফীভম অসিদগী বানানগী মতাঙদসু ইউনিফোর্ম ওইদবা, প্রিন্তিং মিস্তেক য়াওবা, ময়েক চিথবা নাম্বা খরসু য়াওগ্রে। মসি মুংঙাইজদবা অমনি।

লাইরিক অসিগী শৈরেং খনবগী ক্রাইটারিয়া য়েংলগা হাপ্পা য়াবা, ফজবা শীংথানবা য়াবা শৈরেংশিং ইরবা, বোর্ড অসিনা

থিজিনবা য়েংশিনবদা চিথহৌবা কনাগুম্বা শৈরেং ইবা[illegible]ক য়াও-রম্বা য়ারি। মতু ফংলবদি মথংগী খুৎনমদা হাপ্পবা অমুক য়েংজগনি। চহী খরসিদা মণিপুরদা শৈরেং ইবা মীগী মশীং য়াম্নে; শৈরেংগী লাইরিক মশীং য়াম্না কোওলে; অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মপুং-ফাবা এন্থোলোজি অমা পুথোক্লবা হোৎনবদা অরায়বা থবক ওইদ্রে। মশানা থবক অসিনা অরুবা অচৌবা অমা ওইবনা, লাইরিক অসিগী মপুংফাদবা, অশোয়বা, অরাংপা কয়া লৈরমগনি। হেন্না ফজবা, হেন্না মপুংফাবা, মমুৎ তাবা, ঐথোয়না পামজবা লাইরিকী মশক, তুংগী ওইনা আশা থমজরি।

বোর্ড ওফ ইদিটরস:
ডা. নোংমাইথেম তোম্বী
লোংজম জয়চন্দ্র
থাংজম ইবোপিশক
য়ুমলেম্বম ইবোমচা

(জুন, ৯৯৭)

## লাইশ্রম সমরেন্দ্র



### কোনুং কাং তুবদা

ঐনা চিংনবা মীকুপ অমত্তনি
মৈতৈ অমা লাকই
থাঙ পায়দুনা লাকই
চিংনবা লৈতনা চঙখি
থাঙনা য়াল্লে গোবিন্দগী সিংহাসন্দা !
লৈবাকমচাশা । লৈবাকমচাশা !
হো লৈবাকমচাশা !
মুপী অমনা কপই মবোন্দি থোক্তে
অহল অমনা হায়জে কনাস্নু তাদে
লোইনমক হায় ঐদি খঙদে ঐদি খঙদে
খঙদে কনাস্নু খঙদে
উরবস্নু উদে
য়েংউ অহাঙবদা তিনখরে জগৎকী মপু।
থাপ্পা লৈ বিষ্ণুগী অবতার
গণতন্ত্রগী গণদেবতাস্নু মরোল থোক্তবঙুম তুমিল্লা।

## চীং কাসি ঙসিদি

অহাওবত চাসি ঙসিদি ফজবত শেৎসি !
ফজবা ফিরোল শেৎলগা
চীং কাসি ঙসিদি ।
কোম্বীরৈ শেৎকেরা
সনারৈ ইনগেরা
থরো শেৎকেরা
থম্বাল ইনগেরা
আঃ ইঙেলৈল্লেহুম মাল্লে নহাক্তি !
থোরকও ! —থোরকও !
ফজবা ফিরোল শেৎলগা
চীং কাসি ঙসিদি
বোকুল বীরেন হো কুলো ।
বিনোদিনী থম্বালশংবী ওম্ভোক্সা ফজথরে ফজথরে !
থোরকও ! থোরকও !
ওঃ চেঙ তাঙবা কাঙবু ফি তাঙবা কাঙবু
চিনি লোৎপা থুম লোৎপা আলু লোৎপা
লোইনা থোরকউ নখোয়স্নু ঙসিদি
ফজবা ফিরোল শেৎলগা
চীং কাসি ঙসিদি
অরাংবা চীংদোন্দা
লাইরৈবাক্তা শম্নফমদা
শান্নসি ঙসিদি লাইগী মচাশিংগুম্না
ফজবতা শেৎসি ঙসিদি ফজবতা চাসি

ফজবতা খনসি

ফজবতা নীংসি ঙসিদি
ঙসিদবু ফজনা শেংলবদি
চহী অমা ফজগদৌরিবনি
ঙসিদবু ফজনা চারবদি
চহী অমা ফজনা চাগদৌরিবনি !
ঙসিদবু ফজনা খল্লবদি
চহী অমা ফজনা খনগদৌরিবনি।
অহুনা লোইনা থোরকউ ইচিন ইনাওশা।
অরাংবদা কারিবা হো ইচিন ইনাও !
হো খুরা ! হো তাদা !
ওস্থোক্রা ফজখরেদা নখোয়'সে !
চীংদোন্দগী য়েংথরকপদদি
~~হে~~ ভগবান !
অসুপ ফজবরনে লৈবাক অসিবো
অসুপ ফজবরনে তম্পাক অসিবো
অসুপ নানবরনে খ্বাইরম্বন্দ অসিবো
অসুপ লিংজেন মান্নবরনে মৈতৈ সিবো
ওঃ লিংজেন মান্নহৌরো মৈতৈ পুন্নমক ঙসিদং
চহী চুপ্পা লিংজেন মান্নবা
অথাপ্পদা লৈবা অনকপদা লৈবা
চীংদা লৈবা তমদা লৈবা
তিন্নহৌরো ঙসিদি চহীচুপ্পা তিন্নবা
পূকচেন শেংহৌরো ঙসিদি
চহীচুপ্পা পূকচেন শেংনবা
চৈরাওবা মুমিৎ অসিদা ঙসিদি
ফজবতা শেংহৌরো !
ফজবতা চাহৌরো !

# ঈঙাগী নোং

থাকনা লাঊনা শল্লকলে ঈঙাগী নোং চুরক্লে
আঃ অনৌবা নোংগী কুচুমানবা শ্যাম
থাক্লা থাক্লা লাউথরক্লে
হে ভগবান হে ভগবান
হৈথরক্লে সহরগী তিনগী ভ্রমগী যুমথক্তা
ঈঙাগী নোং
লৈরক খোংবান থ মলক্লে
লম্পাক লমজাও থল্লকলে
হঙোই খোংলক্লে
হৈথরক্লে নোং লেপ্পা নাইদনা
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
সহরগী লমজাওদা
মচী মচীদা ঈচেন নাইনা চেল্লকলে
লম্বী ময়াগী য়ুমগী শাইজিন্দা
নোং থুপ্লম্বা মুপা কান্নদবে
চোংনা চোংনা চেনথরে
মতু চোংলবা ষণ অমুবী অমত্তং
লেপ্তুনা লৈহৌবি
লেপ্পা লৈতনা হৈথরি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং
হৈথরক্লে নোং অমুক্তা হেল্লা
লায়রবগী পীক্লবা শেগাযরবা যুমগী যুমথক্তা
কদায়দনো লায়রবা হাযহুনা।

থোঙ লোনখরে ধনঞ্জয়
মনিঙথোঙ মমাঙথোঙ পোরোন থাপ্রে ইঙন ঙম্না
মচা মখৈস্থু লোইনা তূমখরে
মৈফু মৈজাও মখূৎনা হৌদ্রনা
ফম্মিন্নৈ মাগী মুপী অতোম্বীগা
শীঙ-য়েন চহীগী পৈরে
ঙারী হরাই ঙমুলৈরো
চহী অমগী হেন্না লৈরে
কনাবুনো হৌজিক ঐনা কিগদবা
চুরো নোং হৈথরো
তানিংবা মখৈ তাজরো !
অহাঙবদা য়েংই ধনঞ্জয়
হংলকই অত্তুগা খঙনা খঙনা কাউখিবদৌনা
ফৌগী মমনবু কয়া য়ৌথ্রবগেনে গোমতী
মায়থোঙ মকা লাম্না অত্তুবু য়াম্না ঈংনা
ঙাঙনা চাকলিবা মৈফুগী মৈঙান্দা
সনা খুদোপ্তা য়েংহুনা
তপ্না তপ্না ... ......
.... . হায়রকই .. — ...
লমশাংদনা কুন্থ্রামঙা
নম্বোন্দনা কুন্থ্রাতরেং
শীংজমৈদনা কুন্থ্রামাপন .. ..
মায়থোঙ মকা লামই ধনঞ্জয়
অত্তুদি লেপলোইদৌরিনা মমনসিদি !
মুন্না য়েংই গোমতী
মুন্না য়েংই ধনঞ্জয়
লেপ্না লৈতনা হৈথরকলি

লেপ্পা হৈত্ৰবা ঈঙাগী নোং।
হৈথরকলি নোং লেপ্পা লৈতনা
বাজারগী জিংঘ মথক্তা
চোৎপা ঙমদ্রবা বিলাতিমাটিদা
কম্ফোটিনা পূময়েৎ য়েক্তুনা
রাখল তৌই ভুকান্দাব মীহুংথোঙ মনাক্তা
থাররোই চেঙ হরাইগী জাৎ হৌজিক্তি
মুমীৎ নীনীতগা তাখিসন্থু নোং
লেপ্পা লৈতবা হৈথরক্লি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
চংখিদরে ইম্ফালগী লম্বীদা
মপূক লাম্লবা হূই নত্তুনা
হূরানবা নত্তুনা
লায়রবা নত্তুনা
য়ুঙাওবা নত্তুনা
শকক তরা হেনখরে অহীংগী অমম্বা
ধ্যান্দা লুপখরে মহাজন
( হরি ওম্ হরি হবি )
অথাবা স্যুয়েটর লীৎশিন্দুনা
খূবাম চাউনা ধূপ হাপই
চাকলবা কম্বীদা
গনেশ লক্ষী শিব পার্বতী
ধূপকী মৈখুনা য়োমখরে
থুংলরে লাই কোটি কুম্থ্রা হুমদোই
পরেং পরেং লাকলে মমাঙদা
পুরি গয়া কাশিদগী
ঋষিকেশ হরিদ্বারগী

শিন্দুর লাইবক্তা পাক্কা নমই
শেমজিল্লি কম্ফোটি
মনিঙথোঙদা থোরকই—
য়েংউ বাহাদুর নীংথিনা লোল্লু থোঙহু
নোং চুবা অহীংনি
খঙঙ্ হূবানবা ঙাক্তনি লম অসি
মখূৎ য়েৎনা শো লোল্লি
ওইনা অমুক চিংহুনা য়েংই
লেপ্পা নৈতনা হৈথরকলি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
মীগী খোঞ্জেন তারকই খঙহৌদনা
মহৈ মহৈ লাউনরকই
ঈশিং নমথায়রে
তুরেন নমথায়বে কেক্রুপাৎ কায়বে—
মায়গৈ খঙদনা চেন্নরকই—
ঈনক নকনা ঈশিং য়ৌবকলে
মহাজনগী গুদাম মন্নুংদা
ঈশিংনা লংখরে খ্বাইরম্বন্দ বাজার
ঈচেন নাইনা চেনখরে
বাজারগী লম্বী গলি খঙখিদরে
অচৌবা ঈপাক ওইথরে
তাউথরকলে বোরা বোরা ময়োম ময়োম
তাউথরকলে লায়রবগী ফদি ফরা
তাউথরকলে মতুম মতুম অমোৎপা অমাংবা
মাহজনগী ধূপকী কম্বীস্থ মঙ্গী মরক্তা
লেপ্পা নৈতনা হৈথরকলি অমুক্সু
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।

## আফ্রিকাগী রাখন্দগী

নহাক্কী অপঙবা রাখন্দগী
নহাক্কী অশাওবদগী
কাপথোকখিবা গুলিনা
চাকথেকখি ঐহাক
অকংবা উনা ওইনা কেনখি
তিনখি ঐহাক লৈপাক্তা কেমত্থুনা উফুন মরক্তা
অত্থবু চঙখি অনৌবা উপালদা
ওইরকই অমুক অশংবা উনা
ঐহাক
চাকখি মৈগী গুলিনা থবাক্তা
হাইথখি লৈমায়থক্তা
লমখুন্নুগুম ওনখি ঐহাক
আতিয়াগী চেল্লানা পুখি ঐহাক্কী থরায়
আফ্রিকাগী সাহারা নাইজেরীয়া
আরবকী লৈঙোয়লমদা
ভিয়েটনাম ফরাসি ইন্দোচিনা
কোরিয়া শীন্না
অনৌবা পাঙ্গন পোকখি ঐহাক্কী
অনৌবা থরায় অনৌবা হকচাং
ঐহাক
হিটলরগী বুটনা নেৎপ্রবা ঐগী হকচাং
তকথায়প্রবা নাত্তসিগী তেক্কনা ত্রেক্তরনা

তাহৎপ্রবা কনসেন্ট্রেসন কেম্পতা
থুদেকপ্রবা কেমপ্রবা ঐগী শরূ !
হৌগৎলকই অত্থবু ঐহাক
মীওইবগী মীন্নুংশিতগী মতেংনা
মরূপ!
অনৌবা হুমিৎকী মঙানবু খনজিল্লিবা নহাক্না
নহাক্কী নমথিরবা অপুন্বা সভ্যতা
মতমগা চানদ্রবা
মতমগী ঈচেনগা তিন্নদ্রবা !
য়েংলিবনি ঐহাক
অৱাংবা চীংগী চীংদোন্দগী
ঙাইরিবনি অমম্বা লৈচিন্না মাঙখিবা
নহাক্কী থম্মোয়দগী ।

## হুরানবা মচা

হুরানবা মচা অমথক
হুরানবা তরুকনা ফারকই
হুরানবা মচা অত্থু মথায় থায়
হুরানবা কুন্থ্রাতরুক্না নেৎলগা
হুরানবা নীফুনা শেৎপদা

## মুর্তি

ঐনা চৎলুবা লৈবাক খুদিংমক্তা
ঐনা চৎলুবা সহর খুদিংমক্তা
খুঙ্গং খুদিংমক্তা য়ুমথোঙ খুদিংমক্তা
কলাকরশিংনা

শেমলমদবা লৈতে
শারমদবা লৈতে মুপী ;
লেপ্পা লৈতে লোইবা লৈতে
পেনবা লৈতে খুংহৈবনা কবিনা লাইয়েকপনা
ফিশাবনা ফিশাবীনা
সনা শাবনা সনা শাবীনা মুপী ;
খল্লি অহিং মুংথিল
মঙ মঙই শেমই মুপী শাই মুপী ওঃ মুপী !
খুংহৈবা বিশ্বকর্ম্মানা
খনখি থরাই য়াওনা
থাজগী অকোয়বা উরিগী অনৌবা লিনগী শাথেক
কোকিলগী খোঞ্জেন কৈগী তমথিবা পামজনা
অতুগা শাখি মুপী
ওঃ পেন্নখি লাইয়াম পুন্নমক ঙরুখি মুপী
মুপী হে মুপী ! লৈবাক খুদিংমক্তা লম খুদিংমক্তা মুপী,
থোরকই শকুন্তলা কালিদাসকী
কেজবী নৌজবী ইকায়থিবী
থোরকই সীতা রামচন্দ্রগী
বাল্মীকিনা পুথোরকই লেন্নজগে মতাগুম
বন্দা চৎলি চহী তরামরি সীতা
মপুরোইবগী মতুং ইন্দুনা
হিংচাবা রাবণগী মখুত্তা বন্দী ওইখি
অচাকপা মৈগী মৈমুংদা চঙহল্লি সীতা
আযোধ্যাগী প্রজা মীয়ামগী মমাঙদা
মৈমুংদগী থোরকই ফুদোংলবা সন্নাগুম্বা
লংনা সীতা !
কোক্তা ঈশিংগী পুন পুহুনা

চৎলি যমুনাগী মপান্দা
তক থৈ তক থৈ তক থৈ রাধিকা
থেক্ক থেক নৌগ নৌ হরাইমতোম্না তেকথহল্লি ।
ঐগী লৈবাক্তা
পেনা শকপনা
অঙাংহন্না
চিংখুবগী মচান্নুপী
লৈশুম্না থোৎলি মুঙগুম্না কল্লি
মোনালিজা ডেজদেমোনা মেডোনা
হোমরগী শমশাংবী হেলেন লোইবা লৈতে,
অহুগা বেলেরিনা
নহাক্কি পাইবস্থ ঙমই
চোংবস্থ ঙমই উচেকুম্না
ভাইওলিনগী স্থরদা উলানোভা পেল্লোভা
বেসমার্টিনোভা
কমপাসকী তুমলবা মতোন্দা লেপই
গ্রহগী মায়কৈদা স্থনগী মায়কৈদা চৎলি
খোঙকাপ লাওনা থাংহুনা
মথুং তরা পালহল্লি পণ্ডিত কয়ানা অমুক
নহাকপু ইবেম্মা ।
য়া দেবী সর্ব্বভূতেষু
শক্তি রূপেণ সংস্থিতা
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ
অমুকস্থ
য়া দেবী সর্ব্বভূতেষু
শান্তি রূপেণ সংস্থিতা
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ

লেপ্পা নৈতে কবিনা কলাকারনা
পণ্ডিতনা মিস্ত্রিনা মুঙশাবনা
শাগৎলি মুপী শেমই মুপী
মুঙদা মার্ব্বলদা ব্রোঞ্জদা
সহরগী পার্কতা
লম্বীগী চিদায়দা
ইনাকখুনবা মুপাগী ড্রোইং রুমদা অরোনবা কাদা
মহাক্কী
খবরগী মেগাজিনগী চেফোং কয়াগী চেনা চেনাদা
ইকাইবা পী অরাবা পী ফৌহুনা থমই নহাকপু
ফিগী কম্পনীনা চুরুপকী কম্পনীনা
ফিল্মগী কম্পনীনা ডাইরেক্তরনা
খাঙবা ঙমলক্তহুনা চেনখি
মেরিলিন মনরো
মথক্তা শিজখি।

## এলাংবম নীলকান্ত



### মণিপুর

বথযাত্রা নুমীৎকী নুংথিলদা
কংশি, মাঙগং, পুংগী মখোলগা লোয়ননা
"জয় জগন্নাথ" "জয় জগন্নাথ"
নিল্লি মায়কৈ 'পুম্বা মণিপুবগী।
অহুবু মণিপুরগী অতিযাদদি
অমকপা, যেংথিনবা থম্মোয়দগী থোবকপা
লোইবা নাইদ্রবা চৈনবা খোল্লাউ
অমুবা অবঙবা প্রোপগণ্ডা
কংগ্রেস, সোস্থলিষ্ট, কম্যুনিষ্ট, প্রজাশান্তি
হিংসা, অহিংসা, রাজসিংহাসন।
"কদোমদনো লম্বেনসিবু—
চীনগা থূৎকা মান্নদবা,
লমথুংফমগা লম্বেনগা শন্নদবা,
কিদমদগী মীশক্রা লুবা ?"
হংলি নহাক্তি ইমা মৈতৈলৈমা !

মজাইবেমা মমোম লাংলেন থোইবীনা শাথৌবা
কাক্তাগী মুংশিং নামিবা
নিংঙোলবু মৌগী শীংদা চলহনবা
লাই হরাওবগী জগোয়—
থেক থেক নৌগ নৌ হাইনা হুম্না শা-থেকপা
গুর্নাংপা শাঁশিগী স্মরদা,
অঙকপা পুংলোন্দা জগৎপু কাউহনা
ঐখোয়না য়েংজবা মৈতৈগী জগোয় রাস
নীংশিংলিবরা ইমা মণিপুর ?
নচাশিংদি য়েংলি ;   অহুবু কাউরে !
হৌজিক্তি রুদ্রগী তাণ্ডব জগোয়
পৃথ্বী থক-থা ওলহনবা নটরাজ শিবগী
প্রলয় ইঙ্গিৎ লৈপাক লৈমা চেকখায়দোরে
লাঞ্জরবী, পুন্সীচুপ্পা রাজরবী
সতী সীতা অচুম্বদি চণ্ডখিগদোরে
চণ্ডরবরনে ইমা মহাত্মা গান্ধীগা লোয়ননা ?
আঃ ইমা নণনদি য়েংজগে হোৎনবা শারি—
অচুম্বগী মঙাল, ধর্ম্মগী মৈরী,
থম্মোয়গী শেংলবা আতিয়া
তারেদনা নহাকসু উরেদনা
এটোম বোমগী মখোল, অয়াকপা, অকিবা,
মৈরীক-মৈথু অমুবা চীংমুক রাংবা
রাশিয়াদা 'জার' নিংথৌনা নৈব-ওৎপা ঈ চুপ্পা
বন্দী বনবাস মী লীশিং কয়াবু মতুংদা কম্যুনিজম
ষ্টেলিন !!
শেংলবা মুংথিলদা নীংঙাইদনা খোংলিবা
লমহূইগী কাংবু এশিয়া অমম্বুং আফ্রিকাগী

আতিয়াদা পাইরিবা লণ্ডজাগী শঙ্গু
পাইবা শাইনে ফীয়াল ইউ, এন, ও দা
"হাফমাষ্ট" গান্ধীভীনা নোঙ্গাখিবদদি
অরাবা ফোঙদোকই মখোয়না—
মীওইবা জাতিগী অমাওবা অমা।
অতুবু ইমা নহাক্তি
হুন্দোক্লমলে হিদেনতাফম অতুদা হিংসাগী
স্বার্থগী, পার্টি পোলিটিক্সগী
শকুন্তলাগী নীংশিং খুদোপ
নহাকপু কাউরে, নচাশিংনা হৌজিক্তি
নহাকপু ইমা মৈতৈ লৈমা।
থিবথিনি নচাশিংনা নোংমদি
শীঙ্খরকপা পিগা লোযননা
অনুতাপ্না চাক্লবা তুষ্যন্ত।
মতম'তুদা নহাক্তি কদাইদা
কদাইদা ইমা, কদাইদা ?

## য়ারবা জগৎ

লেপত্রে ঐহাক্কী কবিতাগী ঈশৈ,
অহাওবা আতিয়াদা শারত্রে জগোয়—
তৎত্রে তারস্থু মুংশিরবা বীণাগী।
মাখে সুরস্থ খোঞ্জেলগী য়াংমদা।
অচীকপা লমদা ফক্লিবা কবি,
খোংলস্থু নহাক্কী মুংশিবা বাঁশী'।

মায়গৈ মরিদা প্রলয়গী মৈরী,
অকিবা ফংলবা শিবগী তাণ্ডব,
ৱারবা মীওইবগী শরুগী মূর্ত্তি—
য়েংঙ্নে কবি, য়েংঙ্নে তপ্পা
খোংঙো নোং, চুরো ঝম ঝম,
শীৎলু মুংশিং উ উ লাউনা !
শীনপ্রেনে আতিয়া অমম্বা মৈখূনা
লৈখিদ্রে সংসারদা অচুম্বা মঙাল ।

## লম্মাঙনবা

"In this immensity my thought sinks drowned.
And sweet it seems to shipwreck in this Sea"

—*Leopardi*

সভ্যতাগী থিংঙমদ্রবা খোঙচৎ অসিদা
ঐখোয়না ৱাংলবা চীংজাউ কয়া লাম্থোক্লুনা
নীংথিজরবা তম্পাক অসি ফংজরে
হকচাংমখৈদি পোথাজরে, অহুবু থম্মোয়দি
মীৎয়েংদি ?
মীওইবা জাতিগী চাওখৎপগী ঈথক মথক্তা তাউহনা
কদোমদনো ঐখোয়গী পীক্লবা হিসি ?
মীওইবা সভ্যতাগী নোংলৈ মুংশিত্তা
নৌরবা ময়োলসি খাণ্ডজরিদো হাইনা হুয়া ।
তাখি ঐখোয়না থেঙলবা অহীংদা
মুংশিবা নৌরবা সূরগী ঈচেল




দীন হীন ভাগ্যচন্দ্র
অহুগা ঐখোয়না তাখি অমসু
তাখি অমসু
কদোমদনো কদাইদনো করম্বনো ?
ঐখোয়না তাখি ঐখোয়না তাখি।
ঙবাং মুমিদাংৱাইরমদা অসিদা লাক্লম্বা সাধুবাবাহুনা
ঐখোয়দা করি হায়রম্বগে ?
কনানো য়াচঙবদা ফীঙৌনা খুমংনা খঙহৌদনা মাঙখিবহুবু
লাঙগোল লুখোই !
কবম্বা হিদেন তাফমদনো হোঞ্জিল্লসিনে ঐখোৱগী হিসি
অৱাং চাউখোং হিদেন্দা ?
নত্তে নত্তে অতোপ্পা হিদেন্দা
অতোপ্পা হিদেন্দা
আঃ করিগীনোনে চাউখোং হিদেন্দা মহায়বসিবো ?
কদাইদনো মৱাইবক থীৱবী মণিপুর—
মেলৈ লৈস্না মুংজুম্পান কদাম্বদি লৈমুংশি।
কদাইদনোনে নহাক্কী ঈশৈগী মন্দির ?
কদাইদনো থাকগদবা নহাক্কী লুম্নবা পোৎয়োম
কদাইদনো হেক্লুগদবা নহাক্কী শমজিগী লৈহাউ
কদাইদনো শাৎহনগদবা নহাক্কী থম্মোয়গী লৈরাং
আশাগী লৈবাং ৱাখলগী লৈবাং পুন্নমক্না য়েংবীৱবা
নহাক্কী পুন্সীগী লৈবাং ?
য়েংউ লাইরবী ! যজ্ঞগী মৈরীদি চাক্লেসে
চাক্লেসে চাক্লেসে অঙকপা ফংনা আতিয়া তম্না
কাম্মে দেবায় ?
করম্বা লাইদনো ? হৌদোকমিন্নরকপা মৈহৌৱোনগী
লাইদরা ? থম্মোয় পীবীৱকপা হিন্দুগী লাইদরা ?

পোথাবা ফংদ্রবা মতমগী লাইদরা ? মায়থুম য়াওন্নিবা
ভবিষৎকী লাইদরা ? করম্বা লাইদনো ?
লৈজরেনে ঐখোয়গীদি—ঐখোয়গী আশাদা
অনৌবা ময়োল হকচাংদা অঙকপা শক্তি, রাখলদা
থিংঙমদ্রবা ইচেল, থম্মোয়দা নৌরবা লৈরাং
অদুবু করম্বা লাইদনো ? কবম্বা লাইদনো ?
মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা থেঙলবা অহীংসিদা
অমুকসু সুর্ন্দৎপা বাঁশীগী সুর
ওন্থোকপনিদকো থম্মোয়বু হূরিবা ব্রজগী মধুকরশ্যাম
করম্বা লাইদনো ?

## ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা

ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নীংথিবী ! নহাক্তি জগোয় শারি—
শুর্ন্দৎপা শাথেক্তা মোমোন নোক্লি
নহাকী মীৎচিগী তেন্না
এতোম বোম পোকথায়বগী মৈখুগুম্না
কুপশিল্লক্লি ঐহাকী মীৎয়েংগী জগৎ ।
অদুবু নহাকসি
কয়াদা থাপথ্রবা !
হোৎচিল্লি ঐহাক্কী থম্মোয়সু
কামগী ময়াই কারবা ছন্দসু
থৌরমদাই জীপকী ইঞ্জিন মখোলগুম্না ।
অদুবু নহাকসি

কয়াদা থাপগ্রবা !
ওইরে পুন্সীসি লেপফম খঙদবা
চীংশিন্নবা অমম্নুং থাপতোক্লবগী শক্তিগী লানফমদা
থেংগায়নরি মীকুপ খুদিং
কৌরব পাণ্ডবকী তেংগোলগুম্না
কাওগা থম্বগা নম্নবগুম্না
চঙলক্লবোই নীংলুই ফজবা অপাম্বা কয়া
মনীং তম্না তপথবা লৈতনা ।
থল্লকই ওইবেদনা ধন্য ঐহাকী পুন্সীসি
ফংলগা পুম্নমক অসি পুন্সীদা ।
অহুবু রাখল অসি মায়ানি—
পাইবম্বদগী চপ লেপখিবা উচেকী শাখপকুম্না
লম্মৈ চাকগ্রবা উমংগী মশামবেং চাকথোকগ্রবা
তরক তরক লেপ্না যুংলিবা কাহৎলবা উপালগুম্না
পুম্নমক অসি লেঙদে—চপ লেপই
নাইতোম লৈবি, রাবী শানদে ।
অহুবু অঙকপা মায়াগী থৌরী লীচিংদা
ঐবু পুশিল্লি তত্তনা ফজবগী লাংদা
থৌজিল্লি ঐগী থম্মোয়বু তপথবা লৈতনা
মাঙদা উবিবা ফজবীগী নাক্তা ।
অহুবু অসিমম্নু মাযানি মঙগী মশক্লি—
থোঙফম অমা থাংজিন্দে তশেংবদি
চাকা ফুকঙমদ্রবা কর্ণগী দোলায়গুম্না ।
অহুবু নীংথিবী ! নহাক্তি জগোয় শাবি
কৌশিল্লি খুৎলাম ভোয়না
ঐহাকম্নু য়েংলি নহাকপু মীৎকুপ্তুনা
অপাম্বগী তপথদ্রবা সিটি বসকী ইঞ্জিন মখোন্দা

নহাক্তি জগোয় শারি জগোয় শারি।
হৌজিক্তি ওইরে পুন্সী অসে
লৈই অনীগী করুকম অপাম্বগী অমস্থুং লাপথোক্লবগী
চিংশিনবগী অমস্থুং থক্তোকপগী
ওইরে মতম পূম্বদা অথাপ্পা
নাইতোম নাইতোমগী জগৎ।
মাঙখ্রে অনকপা অমতা ওইবা মতমগী সভ্যতাদা
ওইরে মতম পূম্বদা অরাপ্পা অহাঙবা॥
ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নীংথিবী! নহাক্তি শারি জগোয়
অহুবু নহাক্কী মীনোক অমস্থুং ঐহাক্কী লাঙতক্লবগী মরক্তা
লৈরি অহাঙবা
*নহাক্কী শাথেক অমস্থুং ঐহাক্কী খাঙভমদ্রবা কামগী শাফুরক্তা*
লৈরি অহাঙবা
ফুজিল্লকই নহাক্লা ঐ তন্না ঐহাকস্থু হোৎচিল্লি
অহুবু লৈরি অহাঙবা
ওইরে পুন্সীসি জগোয় রাসকী খুৎথেক শাথেক
অয়েংববু চিংশিনবা অমস্থুং থাপতোকহনবা
কৌস্থু কৌশিনবা অমুকস্থু তাম্থোকপা
ওক্তবী নুপীগী কংলবা মীনোক্লুন্না।
ঙসিগী বসন্তগী অয়ুকসিদা
নীংথিবী! নহাক্তি জগোয় শারি—
অহুবু ওইরে পুন্সীসি অহাঙবা
অহাঙবগী অহাঙবা ঙাক্তা
মীৎতাঙবা লোম্থোক্তবা অনী লেপমিন্নবদৌনা।
মাঙখ্রে লম্বী নকুবগী অমক্তা ওইবগী
থম্মোয়গা থম্মোয়গা ভিন্নবগী

থুংশয়রুনা ঙাওনা থাবল চোংবীগী ।
হৌজিক্তি উরে অহাঙবা ঙাক্তা
থাম্বনা কুপশীনগ্রে পুন্সা অসি
দ্বীপ কয়া কয়া থোকগ্রে তিন্নবা লৈত্রবগী
শক খঙনবদগী থম্মোয়গা থম্মোয়গা তিন্নদবগী ।
অদুবু নীংথিবী ! নহাক্তি শারি জগোয়
ঙসিগী বসন্তগী অযুক্সিদা ।

## মঙাল

মীৎ উইশিন্দুনা ফমলি অদুগা খল্লি
মঙালগী অমম্বদা—
রাহৈনা করিগুম্বা রাহৈতা ওইবয়বা
রাহৈগী তাম্বাদা
অর্থনা জগোয শারক্কবা
খোঙথাং কাযববী মেনকাগুম্না
অদুদি কমদোবা তাই ?
চেন্থরক্লি মীওইবগী রাহৈনা
নায়েগ্রাগী ঈশিং চাইবীগুম্না
রাহৈগী মথংদা রাহৈ
অদুবু রাহৈতনি অচুম্বদি পুবক্তে ।
লৈবি মঙাননা রাহৈগী পংথৈ রাংমদা ।
ঙাইরি রাহৈনা খৌবাংনা
থেংনগদ্রা করিগুম্বা মঙালগী জোয়ার কারকপদা ।
হে মীওইবগী থাদোকপা ঙমদ্রবা রাহৈ
হে ফংঙমদ্রবা সত্যগী মঙাল
নবানীগী তিঙ্কফমু কদাইদনো ?

থাজরুই অস্নুক কুইবসি
পাইশিল্লি রাহৈনা মঙাল তম্না
মীওইবগী সাহিত্যনা
হাংদোক্লি হুমিংবী মায়থুম
অদুবু চিংনবা পোক্লে—
মাঙদা লৈরি অচুম্বনা তুমিন্না বকুল পাম্বীগুম্না
অদুগা মীওইবগী রাহৈনা কেন্দুনা তারক্লি
শিংগারৈ লৈরাংগুম্না।
রাহৈগী নম্বো পোত্থুনা চৎলি মীওইবনা
রাখলগী চৈঙনা
আশাগা লোয়ননা
মঙালবু ফংজরবনি হায়দুনা।
অদুবু চঙশিল্লি অস্নুম অস্নুম
অমম্বগী লমদমদা
মঙালগা মায়োক্লনা
পোত্থাবা লৈতনা
মঙালবু ফংননবা
অমম্বগী লমদমদা
রাহৈগী শাখপতা।

## ইমাগী মন্দির

ইরৈবাক মচাশা!
নখোয়না থিরি শোইজেত্থ
ইমাগী মন্দিরগী থোঙগী
চীংদা তমদা
ফুংশিত্তা মালংদা

মীৎতগী পি শিন্থনা
নশাহু ঈহং নাইহিং শানা।
অহুবু করম্নদি হাংগনি—
শোজৈদি লৈবি মন্দিরগী মন্নুংদা
কবম্নবু হাংগনি
শোজৈ য়াওদনা মন্দিরগী থোঙবু।
থোঙ কাওথায়বম্নু অরায়বা নত্তে
মবোল কয়া লোনগ্রবনি
যুগ কয়াগী শোজৈনা
ইমাগী মন্দিরগী থোঙ ॥

## কাঙজম পদ্মকুমার



### তাইবঙপান

হে লম্বীচৎপা মরূপ।
মীংচীনা নমি য়েংবদি
করি থনবগে ?
অদুগা,
ঐনা হাইফেং করিগী নোকনীংলুরি
নঙগী নতৌ য়েংলগা ?
খঙলে,
ঐসু ইমি য়েংবা
নঙসু।
নঙসু হুরানবা
ঐসু।
ঐনা ঐবু খঙদবনা,
ঐনা নঙবু নোক্রবা
নঙনা নঙবু খঙদবনা,
নঙনা ঐবু নোক্রবা

য়েংঙু।
অঙাওবীনা অঙাওবীবু অঙাওবী হায়না চৈরি।
হুরানবীনা হুরানবীবু হুরানবী হায়না নোক্নরি।
ঐনা ঐবু খঙদবনা
নঙনা নঙবু খঙদবনা
মহৈ মহৈ নোক্নহুনা
লেল্লি পুন্সী খঙহৌদনা।

## উচেক মচা অমগী মঙলান

মী মচা ঙাক্তনি ঐখোয়
ইপা ইতোল লোইনমক,
মখোয়না ঐঙোন্দা য়েংই
ঐবুদি উবিদে, উরবসু খঙদে ;
মখোয়না উরিবদি শুপ্নগী মখোয়তনি।
পীকপ্রবা পোন মন্নুংদা ফাজিন্দুনা থম্বীরবা
পীকপ্রবা উচেক মচা অমনা
হন্না হন্না য়েংজৈ নীংবা কায়না,
মপাল নাইদ্রবা অশংবা অতিয়াদা
মাগুম্বা মমান্নবা উচেকশিংনা
মনিং তম্না পাইবহু মাশা ফন্দোক্নুনা,
মচু তরেংকী চুমথাঙগী মতোন খেত্তুনা।
মঙ মঙজৈ মমীৎ উইশিন্দুনা :
উই মমান্নবা উচেকশিংনা
সমুদ্র তরেংকী অচৌ অচৌবা
ঈশিং থকপদো খবোম্ন থন্না।

হিঙ্গোল মতোন্দা লৈবা পূথ্রী মচা
চংবী লাগী তাঙ্গগুম নীংথিজবা
লিক্লাই মহীগুম্বা লাইজনা নিক-নিক লাওবা
পাইবা ঙমহৌদে নোংমতস্নু লান্দুনা,
য়েংজনীংখি মহাকস্নু মাগী মমিনা
লূববা ঈমায়দা লংনা তাবদো।

## মূর্ত্তি অমা

ঐগী মীৎনহা অনীদা
গুলাপ লৈগুম নৌববী চেঙলোদো
ৱাংলেন অমনা লাংঙোল অমা শক
উবি ঙসি ফাওবা তনৌ তনৌ।
খমন্নুং কিকোই মতুং ইন
চৎকনি হাযবগী কিজদে,
থৱাযনা কপলিবদি মসিতনি—
মুৎখিগনি মহাক্কী অহিংবা শকফম
ঐগী নীংশিংবদগী হন্দক্কী মপোকসিমগী।
চহী নীফু হেন্না হৌখ্রবস্নু
মতমগী চকাবু তুংহন্না লৈখত্তুনা
লৈনিংই মতম অত্তুদা অমুর্ক হন্না।
তনিক তনিকপা মাগী মীৎস্নাদগী
চোংশিলহৌবে অহিংবা মূর্ত্তি অমা
মুৎপা লৈত্রবা মঙাল অমা
ঐগী থম্মোয় লকান্নুংদা
শংশং শংশং উহল্লহুনা মফম মত্রম্ম অহুমক।

ন্নাংলেন অহুগী থন্নায়-মিনা
শায়োল চামা লৌহুনা
হিংলি ঙসিন্থু ঐগী য়াইবী মকদা ।
অথোইবা মুমিৎ অহু পুন্সীগী
পৌরোন থাবা মুমিংনি ঐগী
মহৌশাগী বন্দিশঙ দা ফাহুনা ;
অপান্থগী মমির্দগী ভূৎ-প্রেৎ ওল্লক্তুনা
ন্নাংলেন অমদি তশেংনা ঐবু ওংখি
মঙলান্দা কোযতাউ তাউখি ।
মাগী মীৎযেংগী ইঙ্গিৎ অমদা
মুংশিবনা লুতোন শাত্তুনা
বিদাযগী পুঙ্খোল অমদা
ঙগোয় শামিন্নখি মাগা লাইবমলেন্দা ।
তাংলৌহু নৈশিনগ্রে অমম্-অঙান শিন্নবদগী
কা অহুদা পোদোল অমতনি
কবিস্থ উদে, কবিস্থ তাদে
অহুবু ইথন থনখি মাগী মায়থোঙনা
নোংথাং চামগুম ঙাল্লহুনা,
তপ্না হোনবা মুংশাম্ববনা
অবাপ্পদা তাবম্বা খোঙ্গেলনা নকশিল্লকপগুম
যৈবখি ঐগী নাহকোং চক্রদা কন্না ,
তুমিন্না নৈবা মাগী মশক্ উকবদা
নীংথায়হুনা কেনখিদৌই থম্মোয়সি ।
ফজবনা কুপ্লবা অথীবা থাদোক্তুনা
ভাউরুই ঐ তরঙ অমদা
শেংলবা পুন্সীগী মীৎরুপ অমদি ।
উখি মহাকপু লাই নুন্নাবী অমগুম

য়াম্না কুইগ্রবা মুমিৎ অহুদা
মূর্ত্তিহুমক মীৎকুপ অমদা উখিবা
মমুন ফাররে অওইবা ওইনা ঙসিদি,
য়াইবী লৈখান্নুংদা হকগ্রবা
পিকলবা ময়েক্লা
পুন্সী লৈকংলাসিদা ঈফুৎ ওইহনা
লাইশোল মন্ত্র ওইররে ঙসিদি।
নপুনা ফম্লবম্ সৃথিবীগী মতাইদা
খক তাহন্দে নাইতোমদি,
পুন্সি মঙলান অচৌবসে
অওইবা মঙ মতেক মতেক্লা
অমুক অমুক মীৎকপ থোকহন্দুনা
শংশং শংশং উহল্লি
মন্দির মচা অমা মরক মরক্তা।
মন্দিরসিগী মনুংদনি নোংমা
ঐনা উখি মীৎ পাঙথোরকপদা
মশক অমা অঙাংগুম মফি শেত্তবা
লীক্লাগুম লূরবা মমীৎ অনীহু উরুবদা
অচেনবা রেলগাড়ী পরেংদগী
ককথৎলম্লগা তুংথংবা দবা মখে
রেলকোক্তমক চেনখিবগুম শুপ্পগী
ঐ মপোক অমা পোকই।
মী-পোং অমতা উদে খঙন-চান্নবা
ফৌনাগী ইপোমলক্তা লীলহাগী লম্বীদা
ইথস্তা চৎলি মুংশিরবা মফম অহুদা ;
নীংশিংদে করিস্মু নীংশিংনিংঙাই লৈতবগুম,
উই নাক-য়েৎ-মাঙদা

মুংশি মুংশিরবা উতোল-রাতোল
চীংয়া তময়া অনকপদা অরাপ্পদা
সনা লুপা মচুনা ফুদোংলবা ;
খোঞ্জেল অমতা তাদে তাইবংমীগী
নাহেখোল অর -অনা পুন্সীগী ;
অনৌবা য়েন্নিংগী ফবাংজীনা কূপ্পবা চীংমাযদা
কাখৎলি সিন্দুর চাইবা মাল্লবা লম্বীদা,
মরীক অমতা পক্তে অরাবা
ঐগী থম্মোয় লকামুংদা,
তুং হন্নস্নু খক য়েংনিংদে ;
তারকখি মতমসিদা তাম্লবা খোঞ্জেল অমা
কাওগী মখোলগুম পীকনা
নিং নিং লাউনা অরাপ্পদগী
য়ৈখি খোঞ্জেলহুনা থরায়গী মরুদা ।
মিংকপ থোরকপগুম মুংঙাইনা তুমলুবদগী
পুন্সীগী রাংমদা চাকলিবা মৈরা যেংহনা
মিং পাঙখি তরং-লাইজ ঈহৌনা
মুংগী য়ারা অমগা লোয়ননা :
মক্কম মতমগী রাংমদা শাৎলিদো
বৃন্দাবনগী কদম পাম্বীদো !

## রাজকুমার মধুবীর



### মমশিল্লকপা ঙাইবা

মুমীৎ থোবক্কনি—তাথিনি
থাস্থ্ থোরক্কনি—তাথিনি
অস্থুক কুইববা মতমসি
ঐনা ফমলি—
মাগী নুংগী ফাল অসিদা ,
তাবি নঙগী রাবী মথল মথেল শুববা
তিন্নৌ যাদ্রবা মচু কযা কয়া
অহৈবা লাইযেকপনা ফজনা উৎপগুম
মাগী কল্পনাগী চিত্রদা ,
নঙনা লীবি ঐঙোন্দা
নাপ চাদ্রবা , শৌবিং শৌবিংলবা
অকিবনা থল্লবা, নুংঙাইববা রাবী কয়া

মতুনা বাজনীতিগী মরমনি
লৈবাক লৈবাক্কী এসেমব্লীগী

চুম্মী চুম্মী অমুক কায়, অমুক শেম্মী
অমুক কায়, অমুক শেম্মী
এসেমন্নী হায়ববু মর্শিনি
য়ানদ্রগা হেক্তা থুগায়গনি
কায়রগা অমুক হেক্তা শেমগৎকনি
কায়গ্রবা মচেৎ মচেৎশিংহুনা
হন্না ! হন্না ! হন্না !
কুইক ফিক্সনা নপ্পগুম মিংশেল মচেৎ মচেৎ
সিনি রাজনীতি হায়ববু।

পঙমল্লিদা তৎলসনু—
শেল চাবা হৈতবা অচৌবা
চরা হেন্দুনা কংশি শিসনু
মাগী মতু মাগী মচা পুন্নমক
চরা হেন্দুনা কংশি শিসনু।

অস ! ওম্বোক্লা কন্না থৌগ্রেদা গাড়ীসে
মী অসুক চিনগ্রবা লম্বেলসিদবু
ঙাওরব্রা কৈনো !

অতুদগী করি থোকগ্রবা
মচল অতুনা থৌরী য়ানগ্রবা তুংদা
প্রোফেসারদো ?
ও ! ঙাওরবা !
অঙাংহুদি পোক্লমদ্রে হায়বা নত্ত্রা ?
যৈ, যৈ।

করি ! হীপমিন্নৈ হায়বা মখোয়নি ?
চরোদা. নাপ-চাদবা

মমাঙ্গনবু য়ারমগজ্রনে
তৌবগীবুদি মমাহ্ন শাইকোলোজীগী প্রোফেসারনি
অদুগা মচাহ্নস্নু শাইকোলোজীগী ছাত্রনি
শাগা-মীগা চপ মান্নে
মসিনি মখোয়গী থিওরি
শাগা মীগা ; শাগা-মীগা ।

লৈত্রবরা ঙসায়গী চুরূপুবো
ওস্থোক্লা থুনা লোইখ্রেদা
ঐদি ইথকপু থকহৌদে ।
পৈশাবুদি য়াওরিয়ে ঐঙোন্দা
অদুবু কনানা লৈরুগনি, আ-তাম্না ?
নঙনা চৎলে, কনানা ৱারী লীগনি—
ঐনা চৎলে, কনানা ৱারী তাগনি ?
পৈশাবুদি য়াওরিয়ে ঐঙোন্দা ।

থাঙনা থিনবগী ৱারীদুদি তানীংদেদা
মীবু থাঙনা থিনবা চঙদে হায়ব্রনে ?
মীবু থাঙনা থিনবা হৈতে হায়ব্রনে ?
হাৎপা য়াবা য়াম্না লৈরে
হাৎপা য়াবা মী য়াম্না লৈরে
অমনীতবু ঙায়রি মখোয়গী মরক্তগী
শিরিবদি
অমনীতবু ঙায়রি ।

চঙলগেৱা ?
ঙল্লিদা, ৱারী খরা লীখো
ৱান্নবরো ?

ফরে,
মীকুপ খরদং পোথাখিসি
অতুদগীদি মমশিল্লক্লনি
শুপ্না গ্লাস অমমমতং ওইববস্মু
ঐখোয়নি পুন্না থকমিন্নখিসি
ঐদি হৈনবে,
থক্রুবদি খাঙতমদ্রে নোংমগী অমুক্তং
মীকুপ্তু ঐ স্নুতিগী ঙাই
মফম অসিদা, নত্রগা অমদা।

কবিগী থক্লিবনো মতুদি ঐঙোন্দা হংঙকম্নু
তানীংদবা কয়া তায় ;   হৈনদবা কয়া হৈনৈ
উনীংদবা কয়া উই ,   খঙনীংদবা কয়া খঙই
অতুতস্মু নত্তনা—
য়াক্লবা আইন কয়া কয়া
ঐনা ইল্লি, পোৎপু লাক্লবা যণগুম
পুম্নমকসে য়াম্না খাঙবা ল্লায
তাইবঙসিদা, ঙসি ঐগী পুন্সীসে
অতুবু হিংলি ঐনা য়াম্না মুংঙাইবা শাহুনা
হিংলি ঐস্নু মুংঙাইবা মানবা মবকসিদা।

মীগী ল্লাদি ঐঙোন্দা হংঙকম্নু
ঐগী খনবদা মখোয়গা মবী কক্লরবনি
মীকুপ অমত্তবু থল্লুদে
ঐহাক মখোয়গা লৈমিন্নবি হায়বা
মখোয়না হিংবগী খোঙ্গেল অমত্তা
ঐগী নাকোংনা তাদে, করিগুম্বদা
ঐ ইশামক কাউই হিংলি হায়বা, করিগুম্বদা।

ফত্তে খঙই অতুবু নুংঙাই

মসি থক্লগা মীকুপ খরদং
কাউই অরা–অনা খিবিক
ওইরবস্তু শুপ্নগী মীকুপ খরদং
চম্মনবা তাইবঙসিদা ঐনা পঙথৈ,
পোখাবা ঙমদ্রবা পুন্সীসিদা পোখাই ঐনা
মীকুপ খরদং
শুপ্নগী !

## অমম্বদা য়েংউ

অমম্বদা য়েংউ
নতোমতা ফমতুনা
শুক্না মম্লবা অহীংদা
য়েংউ, য়াম্না কুপ্না
সোয়দনা নঙনা উগনি
চাউরবা লৈকোল অমা, হোরাইজন য়ৌনা শন্দোকখিবা
লৈচু খুদিংগী লৈরাং মম্মাম উগনি
জগোয় শাথেক্লরিবা, ঙাওরবা মকোকশিং হাইতুনা
তাম্থা কায়দনা মেঙলবা মালঙগী ঈপোমগী
শুকশোয় শোয়দনা নঙনা উগনি
কবিগুম্বা নঙনা ওইরবদি প্রকৃতিগী পুজারী ।

অমম্বদা য়েংউ
উগনি নঙনা শোয়দনা, চেল্লিবা ক্রাইষ্টনা পাংখৎনা
উগনি চেনবগুম মায়থীরবা লানফমদগী লাম্মীনা

উগনি চেল্লিবা ক্রাইষ্টনা পাখৎনা
মশাবু কঞ্জনবা ক্রুশিফিকশন্দগী ;
অমস্তুং কৃষ্ণ—শিত্নুনা তারিবা উগনি
মশাং নাইদনা হয়িংনা য়োমজুনা
রেলরে-প্লেটফোর্মদা, তাবগুম কনা লৈত্রবা চাক্লিবগী হকচাংনা
শুকশোয় শোয়দনা নঙনা উগনি
করিগুম্বা নঙনা ওইরবদি—নাস্তিক অমা ।

য়াম্না কুপ্না য়েংউ
শুক্লা ময়বা অহাংতুদা
শোয়দনা নঙনা উগনি মীকুপ্তা কার লীশিং লীশিংনা
হঙ্গৎ-হন্দা, হঙ্গৎ-হন্দা চেল্লিবদো
অমস্তুং নঙনা তাগনি রাবী শাবদো মীযাম্না
কাঙবু কাঙবু নোক-খেত্নুনা
মিংশেলগুম মি তানা নাল্লবা লম্বেল থক্তা, মেট্রোপোলিসকী
চুম্মী, চুম্মী নঙ খোঙথাং অমা মাঙদা থাঙঙমলোই
উবদা নূপীশিংদো—মফি শেৎপোই-শেত্তুবোই
কেবরেত্তা, বাইজনতিনেস্ক হোটেলশিংগী
শারিবা জগোয় জাজগী যন্ত্র ভুংইম্না
উম, নঙনা উগনি অতুগা নঙনা তাগনি
করিগুম্বা নঙনা তাউববদি—মতমগী ঈরাংগী ঈশোমদা ।

ঐনা উই, শাথিনা শুক্লবা অহাংদা
মাঙ-তাক্লবা, চাউরবা সহর অমা
করিগুম্বা মখলগী জীব অমা লৈত্রবা
প্রস্তর নপ্পা ফক্লাংগী মচেৎ লীশিং লীশিং উই ঐনা
মপৈ মপৈ তারিবা মাঙদা, স্কাইস্কে পরশিংদগী
মকোক্লা ঙরাংতা আতিয়াগী শংবানবরক্তা তিল্লপা

ঐনা উই ঙসি, ইমাঙদা উফুল্লক্তা তারিবা
মাঙ তাল্লবা, চাউরবা সহন্ন অম্মা।

ঐনা উই ফেক্টরিশিং, অশিবগুম স্বর হোন্দ্রবা
ঐনা উই কোর্টশিং, উচি অমা চেন্দ্রবা
অমস্তুং উই পার্লিয়ামেণ্ট-হাউস, তূমীৎ অমা পাইদ্রবা ;
তোইরবা মূর্তিশিং ; লৈকুপ তারবা ফুরাশিং
উই ঙন্নমক ঐনা ঐগী মাঙদা শন্দোকখিবা
পাক্লা, লৈঙোইগী সাগরগুম
ঐগী মাঙদা শন্দোকখিবা
পাক্লা, লৈঙোইগী সাগরগুম
উই ঙন্নমক, অমত্তা চিথদা
শাথিনা শুরু-মন্নবা অহীংদা
উই ঙন্নমক, অমত্তা চিথদা।

## উরক নারকসিদা

ঐদি খঙদে চৎলিবসি করিগীনো মফমসিদা ঐনা
শংলবা, শুক্লবা উরক, লৈচিলনা পুময়োম য়োমলি
অয়ুক, খুংখিল, মুমিদাং খায়দা
মরক মরক্তা লাপ্পা লন্না
নীওন বলবশিংনা ঙাল্লি তন্না তন্না
লৈচিন্না ইয়োম য়োমশিন্না।

খুদাং ঘড়িনা তাকলি পুংজা
অমা, অনী, তরা, তরানিথোই, অমা
মঙা, নিপান, মাপন, তরামাথোই, অনী

অদুবু করি করিগুম্বদা হেক হেক কাউই
অহিংগী পুংজারা ?
মুংথিনগী পুংজারা ?
করিগুম্বদা কাউই—অহিংগীরা ? মুংথিলগীবা ?
অমুকস্তু
লমহুই, কৈ, নোংশানা খোংঙকই
শম চপ চপ হেক য়ুংই
পুমলূপ লূপ্পী হকচাং হুমাংদা
করি করিগুম্বদা শোংলবা নারক উরকসিদা
ঐগী লম্বী মাঙখি লৈচিল নোংফাইরক্তা
হায়নিংঙাই লৈতনা পাখংলি
মিং, না চেজেং উইশিল্লি।
করিগুম্বদা
জীপ, কার, ত্রকনচিংবা
ঙংহুনা ঙংহুনা থৌখি।
মখুং হাইরহুনা লাউরম্মী ঐঙোন্দা
থাম্মম্বদি তৌদে কনামত্তম্ম গাড়ি
উরক্তা, লৈচিল্লক্তা অদুম চঙখি
অচিকপদা
কনাগুম্বী অমস্তু মদোম চংলি
হেলোই হায়বদুরা !
পাখংলি !
চঙশিন্দুনা রারি শারূই
মাগীস্তু কনা য়াওদ্রবা
ঐগীস্তু কনা য়াওদ্রবা
অরা নুংঙাই পোথোকনৈ ঙাইহাক
মোমোন হরাওনা নোকমিন্নৈ পুন্না .

মহাক্কা—ঐগী নুপীগুম
ঐহাক্কা—মাগী নুপাগুম।

হৌজিক্তি
শা কৈনা খোংবতুস্নু তাখিদ্রে
জীপ, কার অমত্তনা মফমসিদা লাকখিদরে
অতুগা
চৎমিন্নরম্বী মহাক্কুম্নু লৈহৌরে
মাগী থোঙ্গাল য়ৌরমালে
তন্না ঙাল্লম্বা বলব; অমত্তা হৌজিক উখিদ্রে

ফরে
মাঙদা উরিবা য়ুম অসিদা
চঙহুনা ঙাইহাক্কং পোথারগে
কনা কনাবু লৈরমগবা ?
ঐবু খঙবিবা য়াওরমগদ্রা ?
ঐবু তরাম্না কৌরকদ্রা ?
অতুমঙাইরে
চঙবদি চঙলগে ঐহাক
মাঙদা উরিবা য়ুম অসিদা
ঙাইহাক্কং পল্লুনবা।

## লানথোকখিনবা মফমসি

চৎলগে ঐ মফমসিদগী লাপ্পা, কৈদনো মফম অমদা
মরুভূমিদগী হেন্না শারেনে লৈমায়সে
গোঙয়াশিংসে ঐগী পোকথোক্লে ঙম্না

অত্তুবু লেপ্পদি লেপনিংদে চৎপসি
য়াম্না থুনা লানথোকখিনবা মফমসি।

খোঙ্গুল কয়া তারি মীয়াম্না চৎনখিবগী
মখোয় কদাই কদাই য়ৌখিবা
মত্তুদি খঙদ্রে
করি করি থবক্কী চৎনখিবনো
মত্তুসু খঙদ্রে ঐ।

থেঙলবা অহিংগী শুক্লবা অচিকপা থুগাইহুনা
মুৎশি মুৎশিবা থাউমৈ অমত্তং থাল্লহুনা
লাক্লিবা ষণগাডিসি কৈদগীনো?
অত্তুগা মহাক কদায য়ৌগদৌরিবা?
ঐ খঙদে।
তারি ঐগী নাকোংদা
চোকথরবা ষণশিংগী খোঙথাংগা চান্ননা
খিঙলিবা পুকনিং হুরবা শরিক মখোল
য়াঙ্গংলবী মবুক হাপলবী তুরেল অসিনা
কৈদগী লাক্লিবা অত্তুগা কদায় য়ৌগিগবা?
মোং হাদ্রবী তুরেলগী মায়োকতা
হোনগৎলকলিবা হিনাউসিনা কৈদগী লাকলিবা?
মখোয়গী পন্থুংনা কৈদনো?
যৌগদৌরিবা জাৎলা তুরেনগী হৌরকফমদো?
কৈদৌবনো মখোয়না চৎলিসিনা?

ঙক্কবা ঙমদে ঐ থোরক্লবনি মথল মথল উই
অত্তুগা কৈদনো ঐনা চৎলিবসিনা?
ঙক্কবা ঙমদে ঐ শুক্লবা লম্বেলসিগী মযায়সিদা

ঙক্কবা ঙমদে, ঙক্কবা ঙমদে
কৈদনো ঐগী পম্থূংফমবো ?
পম্থূংফমত্থবু ঐহাক্লা য়ৌরকখিগদ্রা ?
মফমত্থ য়ৌরগনা কৈদৌবা ?
কনা কনা উনরগবা মফমত্থদা ?
মখোয়গা উনরগনা কৈদৌবা ?
উনদ্রগনা ঐনা কমদৌবা ?
অত্থবু লেপ্লদি লেপনিংদে চৎপসি
য়াম্না থুনা মফমসি লানথোকখিনবা।
তারকলে ঐনা ইপা ইপুশিংগী
অকি তুজুংলবা রারিদো শাফা লানফাবগী
উরকলে ঐনা নুংদা হকপা ইবেমপোক্কী শক্লোন্দো
পম্থৌগী পুখ্রি তোর্ব্বান্দা, কাউনাইদনা লাংহৌবদো
তাবক্লে ঐনা অহৈবা অশৈবনা লীবদো
মোইবাং কংলৈবোলগী রারি কয়া
মৈত্রবাক্কী নিংথৌরোনগী পুন্সী কয়া
য়েংঙকলে, উরক্লে, তারক্লে
চৎপসিদি লেপনিংদে ঐ মীকুপ অমা
য়াম্না থুনা মফমসি লানথোকখিনবা
য়ৌবকখিগদ্রা ঐগী পম্থূংফমত্থবো ?
য়ৌরগনা কৈদৌবা মফমত্থদা ?
খঙনবা কনাবু য়াওরমগদগে ?
পম্থূংফমত্থ য়ৌদ্রগনা কৈদৌবা
অত্থবু চৎপসিদি লেপনিংদে মিকুপ অমা
য়াম্না থুনা মফমসি লানথোকখিনবা
চৎপসিদি লেপনিংদে মীকুপ অমা।

## নোংথোম্বম শ্রীবীরেন



### চাকদ্রবা লাইগী য়েন

কেকেকে কে
মোমো মোমো
য়াংগেন শম্বা শ্যাউ শ্যাউ
লাইগী য়েন্নি চাকদে।

সহর ময়ায়গী
লাঙলবা হোটেল অমগী
মম্নবা কাচিন অমদা ফমলিবা
মশক মচু মাঙপ্রবা
লাইগী চাকদ্রবা য়েন অমনা
চাউরবা পৃথিবী অসিদা
মশাগী মফম অমতং থমজনীংঙি ;
ময়েক শেংনা
পৃথিবীদা তাকনীংঙি মশাগী মশক।

থম্বমকই :
ঐবু ঐ ওইরিব্রা

ঐবু ঐ ওইরিব্রা ?
চাগে থক্কে পীয়ু হায়বগী
অমগা অমগা ৱারা শানবগী
চমন্না লৌফম খঙদনা লাঙলবা মরক্তুদা
চাফদ্রবা লাইগী য়েন অতুনা
স্বর তংপমখৈ হৌনা খোংলকই :
ঐদি ঐ ওইজগে
ঐদি ঐ ওইজগে।
ঐ হিংদ্রে
ঐবু হিংহল্লু
ঐবু হিংহল্লু।
ঐ নীংতম্না অমুক্তা হিংজগে।
ঐ নীংতমদ্রে
ঐ নীংতমদ্রে ;
ঐ নীংতমজগে
ঐ নীংতমজগে
ঐ নীংতমজগে।

হোটেলদা চারম থক্লম্লিবা
সহরমচাশিংদো
ইঙক ঙক্লা য়েংনরকই মাঙোন্দা।
অহুদগী কৈস্নু তৌখিদবগুম
মহৈ মহৈ হাম্নগী মানা তৌনরম্বদ্দা
হঞ্জিনখি ; কনাস্নু নাচুংখিদে।
কৈস্নু হায়খিদবগা চপ মান্নে।
ময়াম্না থৌ-ৱা শাদবহ্নু উম্নগা
শাইতোম তানা

মতোমতা ঙায়রে হায়না
মশা মতোমতদা মশামক হজিনজৈ।
খঙ্করুরগা হীরূা হীরূা কপশ্মী।
চাকদ্রবা লাইগী যেন অতু
হীরূা হীরূা কপশ্মী।
হৌনা অমুক্কা খোংলকই:
ঐ মী ওইদ্রে
ঐ মী ওইদ্রে:
ঐ মী অমুক্তা ওইজগে
ঐ মী ওইজগে। ঐ মী ওইজগে।

কনাম্বু হয়া ফাওবা য়েংবিরক্রে মাঙোন্দা
হন্দমুক্তি। মানা মানা তৌবিবতু অহুম তৌহ্না লৈরম্মী

মুংজেং পৃথিবী লিনজাউনা
মমৈ ময়া চীক্লুনা তুমিন্না লৈখি।

ঐনা হংখি:
কৈদৌনরিবনো মংখোয়গীসিবো?
হৌজিক খোংথ্রিতু
কনাম্বু তাবিদজাংলা?

মমৈ ময়া চীক্লিবা লিনজাউদো
খজিক্তা কাওবা মচী লেঙদে।

## তাংখুল হুই

অনৌবা লম্বী শেম্বা লাকই
নুংজাউ নুংজাউ হৈথয়কই

কংক্লক কিলা কিলা পৈরৈ ;
এপোংনা শাংগী কোম্বীরৈ অমা
নুংজাউ ময়াম্মা ননশিনখি ।
লম্বী শেম্বনা হুম্না ফাওবা য়েংবীদে
য়োলর লাক্লগা মথক্তুম তকখি ।
হাওরেক কারবা গ্রাইভরনা
মোংলম্বা ময়া উৎতুনা
অশিবা মীনোক্তা
খাক্লা খাক্লা নোকখি ।
মনাক্তা কুনলম্বা
তাংখুল হুইজাউ অমনা
হৌনা হৌনা তেংথাখি
থম্মোয় শোক্লা ।

## মেম্বর

মহৌশাদগী লৈরক্লবা
মুর্তিসে পাশিনলক্লে ;
অম্লুম অম্লুম
মমি শামিদা মঙায়রক্লে ।
হৌজিক্তি য়াম্মা পীকশনলক্লে
মুমীৎকী মচেৎসিমদা
মহৌশাদগী কনলক্লিবা মফমসি ।
খোঙফম চেৎনা মীওইবনা লেপ্লম্বত্তু
নাম্বোকখিকাও য়াম্বি হৌজিক ।
অম্লুম অম্লুম পীকশনলক্লে
অম্লুম অম্লুম পীকশনলক্লে ।

ঐগী নুপী
ঐগী ইপুরোইবা
ঐগী ইপা
ঐগী ইমা
ঐগী ইচা
ঐগী ইরূপ
ঐ
ঐ
অচেৎপা কৈস্নু লৈতে
নোংমা নোংমগী মীতোপ ওইশিনলক্লে।
হৌজিক মীওইবা ওইবা তোকপা তারি
মেম্বর ওইবতা শুম্নবা।
ঐস্নু মেম্বর ওইবতা
নঙস্নু মেম্বর ওইবতা
পুম্নমক্তা মেম্বর ওইবগী মরীতা
পুম্নমক নাগরিক ওইবতা।
মীওইবা!
আঃ নত্তে থম্মোয়গী
অধিকারগী অমস্নুং দায়িত্বগীতনি।

মহৌশা কনলক্লিবা
কা অসি
অস্নুম অস্নুম হাঙজিনলক্লে
অস্নুম অস্নুম হাঙজিনলক্লে

## তোল্লবা শাহুগী রাখল

খূরবা মম্লবা শারংহুদা
রখোঙ মখুং লোইনা পুনশিনলক্লা

তোল্লবা শা অহুনা
নাইতোম ফমহুনা থল্লি ঃ

পুন্সী হায়বসি শাথিনা তমথিরবা ফাগি অমনি
মরমদি
কৈগীনো
উচি অহুনা থোরক্লিবা
অরাংহুকানগী
মীনা কুক কুক ইন্নরবা
কার, মোতোর, ত্রক
একাগাড়ী রিক্সানা কুংনা চেল্লিবা মরক অহুদা
য়োং নাল থারবা খোঙউপ ফাওবা থাঙবা ওমত্রবদা,
কৈগীনো উচি অহুনা চেস্থোরকলিববু !
নাকন অমদগী চেস্থোরক্লগা
হনজিনবস্থু ওমদ
লাস্থোকপস্থু ওমদ
কয়াদা রাগ্রবা !
মকোক অহু উরু উক লৈনা ঙাওখি।
কৈগীনো অহুক তমথিবা ফাগি অহু তৌরুরিবা
মান পীক থন্না হাপ্পা
লুম্নবা চাউরবা ত্রক শকথীবহুগী
কদ্রক কদ্রক লাউরবা
ময়া চৌরবা চাউরবা কাংখোঙহুনা
উচি অহুগী মথীবোং থোকপমখৈ
মখোন থোকপমখৈ
তকথায়খিবহু কৈগীনো ?
অহুক চাউরবা দখি অহুবু

কনানা মাঙোন্দা করিগী পীরিবনো ?
মাগী মমীৎ মচাহু মতমহুগী
ওঃ অরাবনি, অকিবনি ।

অহুগা
পুন্সী হায়বসি থাজবা য়াদবনি
মবমদি
অহুক থোংল থোংলবা লৈনা পানবা
মমিং খঙদবা লৈ অহুনা
নুংগা বিলামাত্তিগা তোংনহুনা হৈগ্রবা
কংলবা নুংচনবা ফক্লাংহুদা
থিন্দোক্তুনা শাংলিবহু করিগীনো ?
মসিবু কনানা থাজগদৌরিবনো ?
অহুগা
অহীং অহুদা
য়াহৈ অমথক্তগীদমক
অহুক ঈং তপ্লবী লৈশাবীহুনা
মশাদা পকপা মফি পুম্বা
লোইনা লৌথোকথিবহু কৈগীনো ?

ঐনা হায়
ঐনা হায়রিবসিনা ফজে ।
নঙনা হায়
নঙনা হায়বহুনা ফজে ।
ফজবা হায়বসি ভাবনা শাবনি
অথীবা হায়বসি ভাবনা শাবনি ।

কা অহু হেয়া মমশিনলকই

খোঙ্গেল অমতা ভাদে
পুনলিবা য়োংলীচু হেন্না কনশিনলকই
নাইতোম হেন্না তাই।
থষ্টে অহুম :

পুন্সী অসি অরানবা অমনি
মরমদি
কৈগীনো ঐবু
থাদবিরমলিবা উমাইবী অহুনা
মফমসিদা ?
মফমসি পামব্রা পামদব্রা
ঐঙোন্দা অমুক্তসু হংবিরম্মুদনা।
কৈগীনো থাদবিরমলিবা ঐগী পুক্লীংগী
ব্রা ইহং হংবিদনা মফমসিদা ?

ঐনা হায়
ঐনা চুম্মী। নঙনা হায়
নঙনা চুম্মী।
অচুম্বা হায়বসি ভাবনা শাবনি
অরানবা হায়বসি ভাবনা শাবনি।
পুন্সীগী মমল ভাবনা লেপ্পনি।
অকক্লবা মমল লৈতবনি।
অচুম্বা হায়বসি অকক্লবা অরেপ্পা অমতা লৈতে।

কৈগীনোনে
থাদবিরমলিববু উমাইবী অহুনা
মফমসিদা ঐবু ?

## দাবী

থবাযগী দ্রামাসিদা,
ঐনা হায়নীংবদি
কর্ণদস্থ পীবিয়ু
চাংয়েংজনবগী তঞ্জাহুদদি ।
চংনবীসি চংনরক্লি অস্থম্মক মহৌশাদগী ;
নত্তে,—দ্রোণাচার্য্য, কৃপাচার্য্য হৌজিক্তি ;
লৈতেংদে—নীংথিবা লুহুপ থাঙ-তা ;
ফিজেৎ লৈতেংগী
অষংবা অথকপা কয়ানা ;
অত্থবু নত্তে মখোয়গী মফমশিংহুদি হাওবা
নখোয়স্থ লৈতেংলি স্যুট, তাই, কার
নপা নপুনা তানশিনলম্বা শেল-থুম ;
অমদি
য়ানোম শেঙ্গা কয়ানা ।

নঙনা করি অমুক পামলিবগে ?
হৌজিকপু ?
পৃথিবীসি লোইনা তুম্নসিনু
অদুগা শেয়শি অমুক পুমনৌ নৌনা ।

কনামতা য়াওদ্রবা আর্জ্জুনগা
কনামতা য়াওদ্রবা কর্ণগা
চাংয়েংনবগী খুৎলাই অনী থেংনবহুগী
পুন্সী অমা
নৌনা শাগৎশি । পুমনৌ নৌনা শেমগৎশি ।

নখোয়না উই পুন্সীবু
শিরবা ওইনা, নত্রগা, পোক্রিবা ওইনা।
ঐনা উই পুন্সীবু
হৌজিক হৌজিক হিংলিবা ওইনা।
নঙতগী ওইনা,
ঐতগী ওইনা,
মাতগী ওইনা।
থবায়গী লীলাদি
মচু কয়াগী অহিংবনি।
হৌজিক্না চেম্থরি
শান্নরি চেম্থরিবা ঈচেলগা ঈরোয়ননা
ফুরা, দলান, সিতিবস, ট্রক একাগাড়ীগা লোয়ননা
মচুগী লৈরাংনা শাৎপদা
অয়ুক্কী লীক্লানা চোৎপদা
আশাগী খোইমুনা পাইবদা
নোংনা পাইবদা
লৈচিলগী লীলা মরক্তা
লেপ্তবা খোঙচৎসি।
চাংয়েংনবসি লেপত্রি
কবিনা শাগৎপা নোংগী অমুবা শক্তম মরক্তা
সিনেমা হোল মমাঙগী মীনা কুক কুক ইন্নবদা
চেম্থরিবা পুন্সী ঈচেল মরুমদা।

হে কর্ণ
নঙদি নাইতোম তাবনি
লাইয়াম্না নঙবু হুংশিদে।
কর্ণ নঙদি

তাইবঙমীনি ।
আর্জুন্দি মীথীবোঙ মীতস্বাম্নি।
থূংলাই চাংয়েংনবদা
কর্ণদস্থ পীবিগদবনি
তঙ্গাহু য়াওজনবগী ।

মীদি মীনি
লাইদি লাইনি ।
য়েংশিন্নরে
য়েংশিন্নরে ।
হো লৈবাক মচাশা !
মীগা লাইগা য়েংশিন্নরে ।

খণ্ডদে ঐ
নখোয়গী লাম লামহুনা পুরকপা মরৈহু
ঐনা খঙবা হায়ববু
মীচঙ শঙ্গন লৈতবা পুন্সীহুনি ।

ঐগী দাবীদি
কর্ণস্থ হিংগদবনি ।
মাবু মনীং তমহল্লু
মাবু মনাং তমহল্লু
মাবু মনীং তমহল্লু ।

## মপাল নাইদবসিদা ঐ

পাক্লবা,
য়াম্না পাকপ্রবা,
মপাল নাইত্রবা ঈপাক,

লংত্রিক লংবা ঈপাকসিদা
ঙাহু থঙ্গোংনি ঐদি ।

লুপ্ৰবা,
য়াম্না লুপ্ৰবা,
হায়নীংঙাই লৈতনা লুপ্ৰবা ঈশিংসিদা
ঙাম্ন থঙ্গোংনি ঐদি ।

ঈরুপ্তুনা শাম্নে ঐনা,
ঈরোইত্নুনা শাম্নে ঐনা,
চুপ লুপ্লগা
য়াম্না কুইরবা তুংদা
ফোং ফাওগংলি
অমুক
ঐনা ।

ঈপাকসিগী মথক্তা অমুক,
পাক্লবা অতিয়া,
ঙমথৈ নাইদবা অশংবা অতিয়া,
অতিয়াসিদা শাম্নে ঐনা,
চোংথত্তুনা শাম্নে,
পাইথত্তুনা শাম্নে
অতিয়াসিদা ।

অস্নুম
অস্নুম
তুমশিনথি ঐ
ঈপাকসিদা ঐ

অস্তুম

অস্তুম ;

চুপশিনখি ঈপাকসি

ঐঙোন্দা

অস্তুম

অস্তুম ।

অতিয়াসিদা তিনখি ঐ ;

অতিয়াসি তিল্লৈ ঐঙোন্দা ;

তোথায় তারম্বা অনী

ওইখি অমতা

ওইখি ।

থাংজম ইবোম্পিশক



## অনৌবা থুংলবা জীব

সমুদ্র তরেৎকী জ্ঞান খোমজিন্নগা
থরায় পানবা পুন্নমকী
নশানা নিংথৌ শেমজবা
হে মীওইবা
হৌজিক্তি কমদৌরে থৌরী য়ান্দুনা শিজরেদো!

ফজবা ফজবা ওঃ মমীৎ তাওগ্রে উবা ঙমদ্রে
শুংশিবা অচুম্বা
চাকথেকপ্রে শরু ময়ামগী মৈরীদা
ময়াই কাবগী লানফমদা।
পুন্নমক কৈস্নু য়াওজ্রবা
কৈস্নু য়াওজ্রবা মপূক হোত্রোং হোরবা হান্নবা।

মীওইবা—লৈত্রে মিংসে তাইবঙসিদা
শিগ্রে মথন্নায় মখোয়গী।

উরিবসিদি কনানো অহুদি ?
শাদগীস্থ হেন্না শাথীবা জীবনি
হুন্দক্তা নৌনা থুংলবা।
মখোয়গী মমিং থোল্লক্তি।

## নীংথায়রবা মূর্তি

ঙরাং অহীং মখোল অমা তাঁয়
শেগাক কীন্থখিবগী
নাকোংদা নুংথংনা য়েশিনখি!
খা-ল্লাং ফৈরেংননা চিংথেকখিবা
নীংথায়রকপগী খুংচাউ অহুনা
য়ুহাহাবদা।
কুইনা মন্দুনা লৈরক্লবা খ্বাইরমবন্দ বাজারগী
ভাগ্যচন্দ্রগী নুংগী মূর্তি তুখিবনি।
রাজর্ষিগী ঙক তেক্লুনা
লুহুপ কোম্নবা কোক
লৈমায়থক্তা কেল্লমই।

মী শঙ্গু শঙ্গু চংখি
মায়গৈ কয়াদগী
মীৎয়েং চোইদে তথক্লব্রা থম্মোয়গী
রেসন সোপ্তা
ঐগীনা হান্না ঐগীনা হান্না
মুংশাদা ফীঙৌ কৌরে।
চাদবনা তৎলবা ফিজেংকী ইকাইবা নমহৎলবা
মৈতৈ প্রজা

নীংখায়রবা মল্লবা কংলাগী
চেকতেক চেক্কুপনি তোইরবা থরাম্নগী।

অসোমদা
কনাম্নু হন্না য়েংলদে তুমীংফাও তুবৎ পাইরদে
কেল্লবা মকোক
লৈমায় থক্তা তারমই।

অথাপ্পদা কাঞ্চিপুরগী কোম্নুং অমনবা
মুশূক মুশিন্না উরমই
লৈচিন অরাউবা মরক্তা।

## হয়িংখোংয়াম্বী

অমাংবনা থল্লবা প্যোলা অমদা তোংলহনা
হয়িংখোংয়াম্বী অমনা খল্লি—
গোবিন্দদি উকংনা শাবনি
মাগী অশেম্বা মচুতনা
মাবু 'মা' ওইনা উহনবনি।
অহুগা যীশু!
বিজ্ঞানগী খোঙচৎনা 'গ্লোব'পু
মেছিন ওলহল্লবদা
ক্রোসতা য়াল্লিবা অতুম্বা নঙনা
করিবু উৎলিবা?
'অচুম্বা' হায়বসি চেগী লৈনি
ঙরাং—অচুম্বগী রাহে অমথক্লা
পুন্সীগী নামৎপুম্বা ফংহনখিদে।
—অহুদগী অমোমহুগী

অমাংবা মকূপ মকূপ তৈরবা মাশা শাগনা অনীদা
তেথনা তোংলহনা
মীংকূপ অমত্তং পণ্ডখি !
পৃথিবী খোঙচং লেপত্রে !
সৌরজগৎ
ফজরবা থম্বাল চামনীপালদা শাংকায়রকই !
—অহুদগী পণ্ডথরুবা হয়িংহু
মখা তানা থল্লকই—
মানি
যুগ কয়াসিগী লেপত্রবা রাহংগী পাউখুম
অসিনি—
নেশা পাল্লুবা মীংকূপ্তু পুন্সীনি।

## দষ্টবিন অমগী রারী

কোইলাস-দ্রুম তংখায় অমগী মপোক্তা
ঐহাক
দষ্টবিন অমনি।
পৃথিবীবু কোকথোং নাহনা
অপুন্বা কোকথোং—
ঐগী পুন্সী
মথীবোঙ লাওত্র লাওত্রবশিংগী
পান্ন কোদাং
য়ুগী অওবা ;
অশেপ্পা চরিত্র ময়াম
কৈরেং তুরেংনা থেংগায়নবগী

অমাংবা
চেথী চেকুপ চেকুপ ;
অও ! নোংমদি শোয়য়োই
নোংমদি শোয়য়োই—
—কাক লাউনা পোকথায়রকনি
ঐহাক্তী
খাঙবা য়ারবা থবাকসে
শেৎ চেংখায়দুনা !
নীংশিংলি
উরি—
গ্রম তংখায় ঐগী থরদং ঙায়রবস্থু
লৈবাক্তা
হৌরমই
ঙৌদ ঙৌবী কবোকলৈগী চারা অমত্তংদস্থু ;
ইমীৎসি পাঙথোকচদুনা
য়েংজরমই সংসারবু মিতাজনা ।
অদুবু—ও !
লৈপোম তম্লকলবদা নোংমা
ইথম্মোয়দা য়োৎপাক্লা
শেগাক খায়থরক্লগা
লাক্লুনা ফুক্তোকখি !
করিদি লৈরুনি উপাই ?
শীম্নখিবা পি
মরীক্তু
বিলামাত্তিগী হুংশা শারবা লৈমায়না
গ্রক কংহনখি । অদুদগীদি
মুশুক মুবা থনোয়নবা মীয়ায় লুপাহনা

থাক্লা থাক্লা নোক্লগা
অমোৎপা মপৈ মপৈ
মপৈ মপৈ .. ।

## কাউন্তর

রাজেন ফ্যেসন সেন্তর

লৈবা য়োনবগী কারবারগী
সহবগী মীশিং পূল্লে

কাঙবু কাঙবু পরেং পবেং লাকই
পবেং পবেং হনখি
কাউন্তবগা শকখঙনখি
থম্নখি থমদবা য়াদহুনা মরী ওইবগী মতৌ

হায়রিবা মীশিংহুগী
য়ামদ্রবদা লৈনৈ
পোষ্টেল ষ্টাম্প অমমম মশা মশাগী

অয়ুক মুংথিল মুমিদাং
লৈবা য়োনবগী কারবারগী

মীশিংহুনা নপশিল্লমই ষ্টাম্পগী মচেৎ মচেৎ
কাউন্তরহুগী মশা শীনবা থুংনা

অসুম্মা চহী কয়া হৌখ্রে
জান্নুয়ারিদগী নবেম্বর অমস্মুং দিসেম্বর

দিসেম্বরদগী দিসেম্বর অমম্মুং দিসেম্বর

দিসেম্বরদগী দিসেম্বর অমম্মুং দিসেম্বর

অহুবু

পক্লমদে ষ্টাম্পগী মচেৎ অমত্তম্মু কাউন্তবহুগী মশাদা

ষ্টাম্পগী মচেৎ অমত্তম্মু কাউন্তবহুগী মশাদা

## ঐ অমম্মুং ঐগী ইমা

ঐখোয়গী ইমাহু মবৈ তবা লোঙবী নুপীনি
অহুনা অহীং মুংথিল নাইদনা পঙ-ঙাঙদা ঙাঙই !
ঐনা চেল্লি যুমদগী কৈথেলদা
লম্বী শোবোক্তা কঙাওননা
মপু পান্দবা হুইগুম্না ;
হঙ্গিল্লকপদা অমুক ঙাঙলকই
'পাপীগী মচাশা নহোয়বু শিঞ্জোনে
মীগী মচাদি হু চাদনম্মু মশিকো'
ঐহাক শাউবনা ঈ কারমই
থম্মোয়দগী মিহুন ফন ফন চোংথোকই ।

অহীং ঈচীক হুল্লকপদা
ইমানা ইনাক্তা চঙশিক্লুনা মুংশিনা শৃং শৃং নানবিরকই ;
অরাম খৌরাংবনা চাক্লবা ঐগী ইচীন্দা
মাগী খুংচাশিংহু থেক থেক্লুনা পীজরকই
মমীত্তগী পিরাং শীম্বনা ।
ঐহাক অরাম্বা কোক্লমই
অম্মুম কংশিল্লকই নোংমা নোংমগী ইমানা
শরূদা উস্তনা কুপ্লমই ।

অয়ুক্তা নুমীৎনা মাঙ্গোল ময়াম্ন খোরকপদা
য়াওন শাওন্দুনা হীপ্লি ঐহাক্কি
কান্নদনা মণ্ডক্রগু শান্নহুনা ;
চণ্ডশিল্লকই ইমানা ঐগী ফম্মাণ্ডদা
মমীৎ শূক্কোক্কুনা মরৈ তরা তন্নহুনা
দির্ঘদগী হৈথবকই
'পাপীগী মচা য়াহৌথেণ্ড ! নহোয় থাকপদা ইন্নসি ভেক্রে
ইপামদা ফৌগৈনা চীংদুম শাবহু তুমগ্রে ;
মীগী মচাদি পণ্ডশি মশিকো
নহোযদি থক য়াওদনে কুমসিগী লাইচত্তা ।'
ঐহাক্না চোংশিন্দুনা ইমাগী মথবাক্তা কাওশিল্লি
মবাইবক্তা নেৎথৈ হন্না হন্না
অতুগা চৈজৈ ইশা ইতোম্মতা
করিগী পোকপিবম্বনো শরোযসিগী মচা ওইনা ?

অহীংনা শূক শুনা মন্নবদা
অশাউবনা চাকথেক্লবা ঐহাক্না ইমাবু চাথোক্লমই
শাহীং চাবা শা ওল্লহুনা,
মথুৎ মথোণ্ড শায়দৎলি
মকোক শায়দৎলি ইমাগী
ইশাগী চারাম্নবা কোক্লবা !

মীৎকপ থোরকপদা
থিরমই ঐনা ইমাবু অমুক
ফংগ্রে ইমুং কাগী মফম অমত্তদমু
শূমাণ্ডদা মনীং ময়াদা ইংথোলগী অকোয়বদা
হন্না হন্না থিক্লরে ফংবা লৈগ্রে ।

ন্যাইতোম তারবা তাইবঙহন্দা
পীক্লিবী ইচননুপী পীক্লবা ইনাওশিংনা তুম্পক তুম্পক
হীপ্লম্বত্ন উরুবদা কোক্লবা লৈমায়থক্তা
ইমাগী শক্তম্মা সনা মচু ওইনা ঙাল্লম্লে
নৌরবা নারাশিংগী মায়খোঙদা।
ঐগী মাঙগ্রবা পুক্লীং হঙ্গিল্লকই তপ্পা তপ্পা
চেক্লাগুম্মা পীক্লবা হুমদা;
হীক্লা হীক্লা কপচরমই ঐহাক্লা ইমাবু কৌরহনা।

মীংকপ থোরকপদা অয়ুক্তা য়েনবারাবা খোংলকই।
অহোবা য়ুমথক্তগী চাইথরকই মুমীংকী মঙাল।
ইথা থাজদনা ইমাবু অমুক হন্না ফংজরমই
মখ্বাঙ মেৎলহনা পৈরহনা খেকথরকই ফম্মাঙদা
'পাপীগী মচা কুমলৈনা নহোয়বু শিরব্রো!
শিত্রবদি হৌগংলু নশক য়েংগে।'
হন্দক্তি ঐহাক শাউনীংবা অমত্তা পোক্তরে
পেল্লবা নোকথোক্লে ইখুৎনা ইমায় খুমজিল্লহনা।

# য়ুমলেম্বম ইবোমচা



## লোনশিনথ্রবা থোঙ

সনাগী মাশা পানবা লাইগী মচাশিংনা
পাইরকখি মঙালগী আতিয়াদা
পুরক্লুনা কু অমা
নোংমদোন শম্না শাংলবা ;
থল্লানমিচাক লৈরাংগী চবুন চবুন
খীকথরম্মি কু অহৃগী মথক্তা।

পাইরম্মি লাইগী মচাশিংক্লুনা
সনাগী পীক্লবা মাশাশিংক্লু থপ্লক্লুনা
শকখি ঈশৈ কপ্প কপ্প
"হো শক্রেম্বী
　　থোরক্লো থোরক্লো
নহুম পোক্লেন শাবিগে
লাই থুবাক থুবিগে
হো শক্রেম্বী

থোরক্লো থোরক্লো”

হৌগৎলকখি কু মন্নুংদগী ভগবান বুদ্ধ
মমীত্তা ঈ কারহ্না য়েংলকখি ঐডোন্দা
ও ! কয়াদা কিজথ্রবা
কৈ মকোক ! কৈ মকোক !
কৈ মকোক পাল্লবা গৌতম বুদ্ধনা
অকিবা ফংনা ঙংলহ্না
শেগায় শেগায়হ্না চারকই লাইগী মচাশিংহ্বু
অহুদগী
মাশা পাল্লবা কৈজাউ অহু
পাইরকখি ঐঙোন তম্না
ঐনা অকিবা ফংনা লাউরহ্না
চেনশিনজখি গুরুং অহুদা
ও ! লিল ! লিল !
লিল শঙ্গু শঙ্গু পাইশিল্লক্লম্মি ঐঙোন তম্না
উপাই লৈতনা
ঐনা পঙচেন্দা চেল্লি
খ্বাইরম্বন্দগী চিল্লবা মীরক্তা
থকৎলবা থবাকসি কোন্দুনা চেল্লিডৈ
য়াঙনা থৌজিল্লকই তেঙ্ক অহু
য়ুম অমদা চেনশীন্দুনা
ঐনা লাউজৈ, থোঙদা দঙ দঙ থীলহ্না

হো থোঙ অমুক্তা হাংঙো
থোঙ অমুক্তা হাংঙো

নাকোংদা থোঞ্জেল থর তায়
ঐনা থঞ্জৈ

মন্নুংদা বনানো খরদি লৈ
থোঙ অসি শোয়দনা হাংদোরকনি
অত্থনা হন্ন হন্ন লাউজরম্মি
থোঙ অমুক্তা হাংঙো
থোঙ অমুক্তা হাংদোকপিয়ো
কিজবনা ঐগী খোঙ্গেল তনিক তনিকই
অদুবু কনানস্ন তাবিখিদ্রে
থোঙ অদু অত্থম হাংদোরকখিদে

কা মন্নুংগী নিলবদি
অস্থম হেনগৎলকই অস্থম হেনগৎলকই
ঐগী থম্মোয়, অসি
ও ! ঐগী থম্মোয় অসি
মতং মতং তংখিবা শোরদ্রে
শোয়দ্রে ! শোয়দ্রে ! কা অসি পোকখায়বা

হো থোঙ অমুক্তা হাংঙো
থোঙ অমুক্তা হাংদোকও… ॥

## মখোয়গী য়ুম

ইনক নক্লবা
খুনসিগী য়াংমদা
লৈরে শোরারেনগী মখোঙ
নোংখোঙ পরেং
অস্থম্না খজত্থনা
লৈশাবী পাখংশিংত্থনা

লাম্থোক্লম্মি খুন ৱাংমা
অতুবু
কদাই নোংখোঙ পরেংদি
লৈত্রে অমুক
লাঙ্গোন চীংগী ৱাংমদা ।
খোঙকাপ অমদগী খোঙকাপ অমা
লৈতঙ্গায় কয়া তিংখং কয়া
মুমীৎয়ুংবগী মুংশা মায়ওম্নরক্লুনা
লাম্থোরকই
লাঙ্গোন চীং
কদাই নোংখোঙ পরেংদি
নোংমাইজীংগী ৱাংমদা
অতুদগীদি
অস্নুম চৎপা অস্নুম চৎপা
নোংখোঙ পরেং য়ৌনবা

হৌজিক্তি
হকচাংগী কয়াৎপুম্বা চোকথরে
লৈত্রে পাঙ্গল
অমুক হন্না চৎনবগী ।

অতুদি হায়রগদ্রা
বিদায়,
বিদায় নোংখোঙ পরেং

সিগী মথংদদি কন্নি
নোংমাইজীং লাম্থোক্লগা
শোয়দনা ফংলগদব্রা নোংখোঙ পরেং

লাকখিবনি
পুন্সিনা মমল ওইরম্ব্না
অদুবু
করিনো তৌগদবা
তাল্লুবগী কান্নবা লৈখিগদ্রা

লাম্বোরক্লে নোংমাইজীং
কদাই নোংখোঙ পরেংদি
লৈদ্রে অমুক
মাঙদা শন্দোকখিবা
লম্পাকসিগী ওমথৈদা
ওমথৈগা লেংগোম্নরম্ব্না
হৌজিক্তি
থাদোকপা তারে নীংজবা পুম্বা
মুংখিলগী ময়ায়চবুক্তগী
মুমীংস্থু লাপ্না চৎথরে
করিবু কান্নখিগনি
তান্নরুবগী নোংখোঙ পরেং
মমশিনগ্রবদা মাঙ তুং অকোয়বা
উখিদ্রে নোংখোঙ পরেংস্থু
লৈররোই কনাগীস্থু থুংলুনবা য়ুম

থোঙ লোনশিনগ্রে
দলান পুম্নমক সহরগী
মুখৎগ্রে স্ত্রিট লাইট
অদুগা
দলানগী মতোনশিংদি

হেন্না হেন্না রাংখংলব্রি
হেন্না হেন্না মমশিলহল্লহুনা
সহরগী ময়ায় চবুকপু
হৌজিক্তি
উখিদ্রে লম্বী অমত্তম্
অশিবগুম মমশিনগ্রহুনা

মৈঙালগী মরীক অমত্তম্ থোরক্কে দলানশিংদগী
মঙাল ফংদ্রবা
সহরগী ময়ায়চবুকসিদা
লেপ্লি
লৈশাবী কয়া পাখং কয়া
কদাইদা চঙপদগে খঙদ্রহুনা

অহুগা মখোয়গী য়ুমদি
নোংখোঙ পরেংগী রাংমদা

## থিয়েটরগী রিপোর্ট

নহান,
উবা টকিজগী মমায়দা
মথায় য়াওদ্রবী হেলোয়হুনা
মফি মরোন মফম খঙদনা
নখোয়বু করিমত্তা উশিত্তবমখৈ
লেপতুনা লৈহৌই
লৈবাক মমাঙদা।

মাধব অঙাওবনা
হুইসেন প্রিং প্রিং খোংলহনা
তিংথংতুনা লাউহৌই—
সিভিলাইজেসন ! সিভিলাইজেসন

য়াম্না জ্ঞান তাবা
মকোক তাঙবা নহাহনা
চাবী তংলবা মাগী ঘড়ীহু
পঙলৈদা লৈথংলম্মী ।

থিয়েটর য়েংমিন্নবদা
মমীং নুংশিবী চনূরাহনা
ফল্লপ ফল্লপ য়েংখিবদো
হাই হাই চাকথেকখি
হাই হাই
চাকথেকখি
হায়খি কনানো থরনা—
কল্লিগী পাথংলিবনো
পাথংকনু
পাথংকনু

হীরোদ্না হেক হৌবদগী
চাউরবা কাংশিহু
হুমাং তাবমখৈ য়ৈরক্লি
অহুবু
মখোন্দি থোরক্কে
শুকথোক থোরক্কে ।

মহাক্না খঙ্করিবদি
অমুত্তংদা ওইরবস্নু
দোঙ লাউবা মখোল অমনা
ভাবোক পুন্নমক্কী নাকোঙ চেকখায়হনগে
অসিনি।
অদুবু
তেং লাউবা
পীকপ্রবা মখোল অমফাও খোরক্তুবদুদা
নীংবা কায়না হংলকই—
সিবু করিগীনো সিবু করিগীনো

নহাতুনা থুমখি—
ঐস্নু ঘড়ীগী চাবিসি
হেক হৌবদগী থারক্লি
অদুবু ঘড়ীসিদি
স্নুকচৎ চত্তে
স্নুকচৎ চত্তে।

## জগোয় জগোয়

করিবু কান্নরিবগে
হৌজিকপু অমুক কপ্পবগী
করিবু কান্নখিগদগে
নোক্নবা হোৎনবগীস্নু
করি খৈন্নে
কপ্পা অদুগা কপ্তবা
নত্রগা নোকপা

মসিদা করি য়াওরিবগে

ঙসিদি
ওইরে পৃথিবীসে
পীরুবা বিন্দু অমথক
চোকথরবা খোঙচৎসিদা
মুমীৎ থা থরানমিচাকশিংগী
চহী কয়া যুগ কয়াগী
হোংবা নাইদ্রবা জগোয়গী পুংলোনসিদা
করম্বা অনৌবা খুৎথেকী নত্ৰগা খোঙথাংগী জগোয়নো
ঐখোয়না ঙসি শাগদবা
ঙসিদি ঐখোয় গোপীনি
মন্নবা থাশি অহীংগী
লৈতে কৃষ্ণ য়াওদে রাধারাণি
লাকখিগদ্রা কৃষ্ণদো অমুক
য়োৎশিনগ্রবদা বকাসুরনা
মায়থীগ্রবনি কংশগী মথুত্তা

থঙদে
করম্বা কৃষ্ণগী আশাদনো
ঐখোয়না ঙাইরিবা
তম্নবা জগোয়সি শার শারতুনা
ঙসিদি লৈত্রে কৃষ্ণ
লৈত্রে রাধারাণিসু
অহুগা
থাংলি খোঙথাংসিদি
চহী কয়া যুগ কয়াগী খোঙচৎসিদা

পল্ল্ংফম

পল্ল্ংফমগী য়াদি হংলগল্ল

কদাইদনো—মালেম আতিয়াগী লংদাইফম

ঐখোয়গী খোঙচংসিদা য়াল-ক্লোকী মমায়দা

য়াল-ক্লোকী মমায়দা

খুং অমনা লৈ লৈত্নুনা উঙলি

অহুদি করম্না হায়গনি অরোইবা য়া অমা

মীং উইশিনবা অহীংগুম মমশিনগ্রবদা

কদোমদা য়েংলুগনি

পল্ল্ংফম

অহুবু

ঐখোয়দি গোপীনি অনৌবা ইফি হোংলবা

জগোয় শারি তান চাব-চাদবা

খুজিল্লবা পুংলোনসিদা

( পুংলোন্দি হোংদে )

কৃষ্ণ লৈতে

রাধা য়াওদে

লাঙতক্লদ্রে ঐখোয় কৃষ্ণগীদমক

থাংলি

থাংখিবা খোঙথাংহুদি তুবোই ঙামলোইননা

থেক্লি

থেকখিবা খুংথেক্তু তন্দে মান্দেনমা

লৈত্রে ঐখোয়গী কৃষ্ণ

লৈত্রে ঐখোয়গী রাধা

খঙদে করিগী শারিবনো ঐখোয়না জগোয় অসি

করিবু কান্নরিবা মসিনা

য়াহং কয়া

পাউখুম কংক্রবা রাহং কয়া
রাকং কয়া
তাবিনবা লৈত্রবা রাকং কয়া
অসিগুম্বা রাহং কয়া রাকং কয়ানা
ওইরে ঐখোয়গী পুন্সী
খঙদে কনাদবু রাকংফম থোকপনো

রাহং রাহং
অত্থগা কদাই পাউখুমদি
পাউখুমগীদমক
চোংথদব্রা ঐখোযনা যমুনাদা

চোংথদে ঐখোয যমুনাদা
শারি
কবিগীনো খঙদনা জগোয
হোংবা নাইদ্রবা থায়নগী পুংলোনসিদা
চহী কয়া যুগ কয়াগী খোঙচংসিদা

## অরোইবা রা

তুম্নশি মরূপ তুম্নশি
ঙসিদি ঐখোয়
মুংঙাইনা তুমখুন তাল্লশি ;
হংলক্লগম্মু অমুক
"পুন্সী হায়ববু কব্রিনো ?"
চৎলক্লে ঐখোয় লম্বেলসিদা হিংবগী
মমীৎনা হেক মীৎকপ থোরকপদগী,

ঙসিদি অমুক লৈত্রে থরায়গী পাঙ্গল
খোঙ অসি অমুক থাংহনবগী !
তূম্নশি মরূপ মঙ মঙলশি
পুন্সী হায়ববু মঙনি
নত্তে লাল, নত্তে তাইবঙপান
লোইবা নাইদ্রবা মথোন চাম্মা চাম্মগী দলান্দা
লোইবা নাইদনা কাখৎখিবনি
নত্রগা
নীংখায়ন্নবা য়ুম্ফমদা নৌনা যাত্রা হুনবনি
লোইবা নাইদ্রবা অমগী
ন্নাহংশিং অসিদি লোৎশিন্দুনা থম্মু
"করি কান্নরিবা হিংলগা
করি কান্নরিবা শিরগনা !"
পাঙৈর্তাক অসি অচুম্বনি
"য়ু থকউ
গঙ্গা থকউ
কানি চাও"
করি কান্নরিবা
ন্নারগা নত্রগা মুংঙাইরগা
মুংঙাইবা হায়ববু কদাইনো
মুংঙাইবা হায়ববু করিনো
খুং অমা
উরু উরু উঙলি
হংগন্নু—
"মসিগী কান্নবা করিনো
মসিগী কান্নদবনা করিনো"
কান্নবা অমম্নুং কান্নদবা

করি খেন্নরিবগে
হো পুন্সী
য়ু থকউ
গঙ্গা থকউ
কানি চাও
কাউথোকউ তাইবঙ পুম্বা
মঙ মঙঙ্ মুংঙাইনা তুম্মু
হংগনু—

"করিগী পোল্লকলিবা ঐখোয়না
করিগী হিংগদৌরিবা ঐখোয়না"

হিংবা হায়বগা
শিবা হায়বগা
করিদা খেন্নরিবগে
হো পুন্সী
গঙ্গা থকউ
য়ু থকউ
কানি চাও
কাউথোকউ তাইবঙ পুম্বা
মুংঙাইনা তুম্মু মঙ মঙঙ্
মঙ হায়বগা
তাইবঙ হায়বগা
করিদা খেন্নরিবগে
হো পুন্সী
য়ু থকউ
গঙ্গা থকউ
কানি চাও।

# হন্নুবী অমসুং পোস্তর

চহী কয়া অসি
খুনগী কৈথেনসিদা
কৈথেনগী মচী অমদা
হন্নুবী অমা কয়ক্লি ;
মচীসিদগী
মফম হোংদে লেঙদে হন্নুবী ।
কৈথেন অকা অকুমদা নুতিগী
অমুক মুক কাওশীনবিরম্মি মঙোন্দা মীয়াম্মা
নাকতোন্দা নীংজোন্দা থজীন্দা
হোই মাই হায়দে হন্নুবীদু
তুমিন্না ফম্মি মচী লেঙদনা ।

কৈথেন তিনখৎলকপদা
উরু উরু লৈনৈ মীগা মীগা
তুংগা তুংগা মাঙগা মাঙগা
মাঙগা মাঙগা
তুংগা তুংগা

কৈথেন্দা
পোং য়োল্লি
হন্নুবীনা মৌনা মৌনহানা,
কৈথেন ময়ায়দা
থোমনৌরিবী মৌ নহানা
মবুক থল্লহল্লি মথাঙ্গী অঙাংবু,
থবাক্তী ফি:দান চিংথরগা,

মম্নল হুন্নৈ পোৎকী
বেড়ীগী মৈখু চিংশিল্লগা
বেড়ীগী মৈখু কামথোক্লগা

কৈথেন কারকই কৈথেন কূমখি
কৈথেন কূমখি
কৈথেন কারকই
কারকই কূমখি
কূমখি কারকই

কৈথেনসিগী ময়ায়দা
খোংনাং পাম্বী অমা হৌরি.
খোংনাং পাম্বীসিদা নুতিগী
পোস্তব অমমম থেংলৈ ।

অযুক্তা
নত্রগা নুংথিন্দা
নত্রগা নুমিদাংদা
নুংশিৎ উক ক শীংলকই
উফুল মপৈ মপৈ হুমগৎলহনা,
খোংনাং মনা অমমম অনীনী পাইথবকই
মল্লবা কৈথেন পোৎশঙ মথক্তা
হনুবীংগী কোকথক্তা।

কৈথেনসি ফাওহনা চৎখি
অহল নহা অঙাং
শলগাড়ী
হরাগাড়ী

নোংঙানবদগী হুম্মিৎ তাবা
হুম্মিৎ তাবদগী নোং ঙানবা

কৈথেন অকা-অকুমদা ঙাওনৈ
হন্নুবীসি নোংমা পুশ্রনি
হুকুম থোকপা কুইরবনি
কৈথেনসিদা লৈহল্লবোই

অহুবু
হন্নুবীহুদি অহুম ফম্লি
হান্নগী মফমসিদা মচী ইরেঙ লেঙদনা ।

নোং ঙানবদস্থু হুম্মিৎ তাবদস্থু
কৈথেনগী লম্বীসিদা চৎখি
মুপামচা মুপীমচাশিং লাইবিকখাউ য়াল্লহনা
নোংমস্থু চৎখি
ফিরাল পায়বা খুঙ্গা মযাম লাউ থোংলহুনা
থেৎচিল্লম্মি অহুগা পোক্লব ময়াম
কৈথেনগী খোংনাং পাম্বীহুদা ।

হুম্মিৎ য়ুংথৎলকপদা
উক রু লৈহনা পাই উমাইবীশিংনা
কৈথেনগী মথক্তা

কৈথেন কারকই কৈথেন কুমখি
কৈথেন কুমখি কৈথেন কারকই
কৈথেন অকা-অকুমদা ঙাওনৈ
হন্নুবীসি শোয়দনা পুশ্রনি হয়েংদি

লৈহল্লয়োই কৈথেনসিদা
অথুবা হুকুম থোক্লবনি ।

অত্থবু
হন্নুবীহুদি অহুম ফম্লম্মি
হান্নগী মফমহুদা
রা শাঙদনা মচী সুকলেঙ লেঙদনা
কৈথেন কারকপশিংনা
কৈথেন কুমখিবশিংনা
কাঙশীনবিরম্মি মঙোন্দা অমুমুক
হোই মাই হায়দে হন্নুবীহু
তুম্মিন্না অহুম ফম্লি ।

# সনথ্যা ইবোতোম্বী



## খুঙ্গঙ অমা

খুঙ্গঙ অমগী কাঙবু অমা !
কপ্পু কপ্পু কপ্পী !
নোকউ নোকউ নোকই !
করিগী কপ্পিবা কনাস্থ খঙদে
করিগী নোক্লিবা কনাস্থ খঙদে ।

খুন্দারিবশিংছুগী
মী থরদা য়াউ মকোক পাল্লি ।
য়াউ থরদা মী মকোক পাল্লি ;
মেঃ মেঃ— ইমাঃ ইমাঃ
পুম্নিল নিল্লে মথোয়না লাঙবদা !

য়াউনা ছায় ঐনা মীনি
মীনা ছায় ঐনা য়াউনি ।
য়াউগা মীগা য়াইনবদা
লৈত্রক চৎলে খুঙ্গঙদো !

## রাহেঙবম রনজিৎ



### লন্মী

কাইনথঙদা
উন মতুম কয়া
ইকোক অসিদা নল্লবদা
চুমীৎপু কোকথোংনারবদা
লম্বেল অহু উরকই

তেম্পাক লৈতুম অমা
শান্না লংখিবহু নত্তে
নোংমৈ মক্ক অমা
থাপ্না কাপথোকখিবহু নত্তে
পান্নিবসি
আ-ফাওবগী ঙমথৈ
ঙমথৈগী ঙমথৈ

ঙমখৈ পুন্নমক লাঙ্গোরকপনিঁ

মরমদি

চুরূপকী মৈখু অহাঙবনা থকচিনখিবদা

ঈশিং খুজোক অমত্তং মরুভুমিনা চুপশিনখিবদা

করিগী থরায় অসি

য়ুহা হারুনি

করিগী হারুনি

ঐঙোন্দা সনা ওইরিবসি

লেপ্পা লৈত্রবা য়াঙনা চেনবা গাড়ীত্থুনি

ঐহাক ড্রাইভর ওইনীংই—

হোংদ্রবা নাকেন্থাগী পৃথিবীসিদগী

লেঙদ্রবা বসন্তগী লমদমদা

ঐগী খোঙচৎতা

উকং

শিহৌবসি লাইবক ফরে

শিহৌবসি লাইবক ফরে

হেন্না শাথীবা

হেন্না তমথীবা

মীশি ঙাক্তনি

মতুংগী লম্বেলদদি

মতুংগী য়ুগতদি

## এন, জ্যোতিরিন্দ্র লুরাঙ



### খোঁরাংবা

ঐবু সনা তাঙবলত্নদা থাঙ্গৎলু ;
নত্তে, থাঙ্গৎপিয়ু ! থাঙ্গৎপিয়ু ।

নীংথিবা সনা তাঙবলত্নদা ফম্লগা
( কাওথরক্কে নঙবু পাতালদা )
অত্নগা ঐনা উইত্ননা তূমগে
লুম্বু লুম্বু শাবা মুংশাসিদা
মীগী ঈনা পূক পীক থল্লবা কাঙ মপীগুম
নত্রগা, তাহোংগে কাকফৈ মপীগুম
অরেম্বা চাবগী অওবনা পুমতৈ তৈরবা ঐ

য়েঙোই, পাঙ্গলচাউবা
নঙগী কোক্তা তোংলগা ঐ নঙবু অমুক্তং থোগে
( নঙবু খঙহন্দনা )

## সৌগাইজম ব্রজেশ্বর



### নুমিৎ চপ যুংবা মতম

নুমিৎ চপ য়ুংবা মতমনি
পাৎতা ঙা ফাবা অমনা ইন চিংঙি
লৌবুক্তা লৌমী অমনা যনবোৎ শূরি।
শজিক নীংথিনা চাবা ফংখিদ্রবা ওরাং শিখিবা
হামেং অশিবা অমা তাউরি ঈপাকথক্তা
লৈজবা মথা ফাকতোক্তুনা
নুমিৎকী মঙালরোমদা ওন্দুনা কবেম্নবগুম।
মালেম লৈমনা লাইজ্ঞ ঈপাকপু মথাদা কোনবগুম
কোল্লি ঙা ফাবা অমস্তুং লৌমীশিং।
অদুবু মীয়ামগী সারথিশিংনা মৈথী কাপথোকপগুম
কাপথোক্লি
মখোয়গী পুন্সী নুমিৎকী মঙালদগী।
অসিনা হামেং অশিবসে ঈপাক্তা অদুম তাউরি।

# নিপা মচা অমা

নিপা মচা অমা লম্বেলদা চৎলি।
লম্বেলগী অর্থ মশক খঙলবা নিপামচানি।
অঙকপা থৌনা অমা থবাক্তা পুত্থনা
কোনথরবা হন্নুবা সমাজসিগী মুক্তিগী মঙ অমা থম্মোয়দা ;
মঙসিদগী পোকলকপা খোল্লাউদি
ঐখোয়পুম্বা শিবদগী কন্নবা পাম্বৈ থিদবা য়াদে।
বসন্তগী লৈরাংগুম্নবা মীনোক
মাগী মায়থোঙদা। জেট প্লেনগী খোঙচৎগুম্নবা আশা
হৌজিক করম্বা তমথিবা শক্তিনা মহাকপু থিংবা ঙমগনি ?
লম্বী নাক্তা ফমহৌবা মীশিংনা অমগা অমগা হংনরিবা য়াহংনি
মাগী খোঙচৎসিগী খঙজনিংবা চেক্লা অমদি
মাগী খোঙগুল লীত্থনা অতিয়াদা পাইত্থনা চৎলি।
কনা অমনা হায়রকই—কা হেনমনলি মাগী আশাসি।
কনা অমনা তুংদা করেম্নবি।
অত্থবু নিপামচা অসিদি মাঙদা লেপ্তনা অত্থম চৎলি।
ইতিহাস। নঙনা করি খনলি
নিপামচাসিগী খোঙচৎ উরগা,
নঙগী চোকথববা খোঙচৎতা মখোয়গুম্নবা নিপামচা নত্রা
নঙগী ঈচেলগী অনৌবা ঈনোৎ হাপ্পা ?
মখোয়গী মৈশানা নঙনা অমুক হৌগৎত্থনা চৎপা।
খোঙচৎসিগী তৌবিমল নঙনা হন্না হন্না তাকপ্রো
ইতিহাস নঙদি নঙগী থৌদাংগীতমক শেম শাত্থনা লৈরে
মৈ ঈশিং নুংশিং মঙাল ঐখোয়না খোঙচৎসিদা
করম্না মতেং পাংগনি থন্নবা ফৈ।
করিনা নিপাসিনা খোঙচৎসিদা থরায় থাদৌরিবসে

নঙ ঐ ঐখোয়গীতমক নত্রা ?

সমাজ। নঙগী শৌগৎপা নখূৎ অদো তিংখোরকত্রবম্নু

অসিতদি হায়বিম্নু মীয়ামদা

নিপা মচা অমা অচুম্বা লম্বেলদা চৎলি

লম্বেলগী অর্থ মশক খঙলবা নিপামচানি।

## য়েংখোম বিহারী



### অচুম্বা

অচুম্ববু—
লৈগী লৈনি খন্দুনা ঐনা
রেশমগী খুৎনা থাংগৎকে হোৎনরুই
চেকশিন্না—
মশক মচু মনম মওঙ মপোপ
কায়দনবা হায়তুনা।

অচুবু নীকখি, মায়থীখি
শোল্লমতুনা খুৎসি,
ওইরম্লবদা—
নুংগী নুং
কল্লবা।

অমুক—

নুংগী নুংনি থন্দুনা
থাংগৎকে হোৎনরুই
য়োৎকী খুৎনা
লৈজবা পাঙ্গল
পীশিল্লগা
খুত্তা।

অতুবু—

মাঙথি—

মশক মচু, মনম, মওঙ
ওইবম্নবদা—
লৈগী লৈ—
থোৎলবা।

## তেলঙ্গা

লংলাগী খোয়রীনা থরায় মবী ওইবা - তৎকনবা
শুন্দ্রংগী অতিয়ানা হিংফম ওইবা - খোঙথাফম লৈতবা
চেগী হকচাংনা মাগী ওইবা-হাইহুম্বা শেগায়গনবা
তমঙমদবা মীকুপশিংতনা পুন্সী মরন ওইবা
তেলঙ্গানি,
তেলঙ্গা।

মুংশিংকী মায়োক্তদা হিংলিবা
মায়োক্লবনা কনখৎলগা হেন্না ৱাংখৎপা
থৌনানা পুন্সীবু শক্তাক্লিবা
ফিদম্না পুন্সীগী লমচৎ ওইবা

মুংশিংকী মকোন্দা মহুম শারিবা
মালেম্বু অতিয়াগা শম্নহল্লিবা
নীংতম্বা অতিযাগী নীংতম্বা শান্নবোই ওইবা
তেলঙ্গানি,
তেলঙ্গা।

মুংশিংকী নোংলৈবক্তা থরায়বু তাউহন
থম্নাইদ্রবা শুন্দ্রংদা মায়কৈবু লাক
ওইথোক্কবা পুন্সীগী অঙকপা কুম্মৈ
অতিয়াগী কোন্নুংদা জগোযবু শাবা
পঙহত হবাও মশাবু নীংশিংদা
মপুগী থৌবাঙনা কবিনো খঙদবা
তেলঙ্গানি,
তেলঙ্গা।

## এস. ভানুমতী



### উরি ঐগী ঐমক্তা

হিংবদা রাববা জগৎসিদা
কয়াম কুইননো হিংগদবা
খঙনগ্রবা থম্মোয় কয়ানা
ক্রিক ক্রিক ইম্নরবা মালেম
মুংশিবা মাল্লবা জগৎসিদা
কয়াম কুইননো হিংগদবা ?
কনানা কনানো কনাগী
কনাবু করমনা থাজগনি
কনানা ওইরিবা কনাগী মরূপ
কনানা পীগনি মসিগী পাউখুম ?
ঙাঙলি কনানা মখৌ পোঙনা
শাগৎলি শেংত্রিবা আশা কয়া
কাউথোকলি ফল থবক অমগী ।

উরি ঐগী ঐমক্তা জগৎসিদা —
উরি ঐগী ঐমক্তা য়াম্নবা মীরক্তা
উরি ঐগী ঐমক্তা শেলগী লমদমদা
উরি ঐগী ঐমক্তা হিংনবগী লম্বীদা
উরি ঐগী ঐমক্তা মফম খুদিংদা ।

## কদায়দনো ঐবু

য়েক খোৎপীরি ইমায়সিদা
করি করিনো—
মচু মচুগী তুরিনা
মিৎতা, পীশুমদা, চীনবান্দা
খুৎ কয়া চঙভ্না ;
মশক উদে
খুৎ কয়া চঙভ্না যেক্পীরি ।
শেৎপীরি শেম্বীরি —
অমনা তৌবা অমনা থানদে
অমনা তৌই অমনা ইনথোকই
হুমাঙ কাংই ঐ, মখোয়না উবীদে
অমগা অমগা চিংথোক চিংশিন্দা
মীকুপ কয়া ফি থোংদে হকচাংদা
মহুগী অরাবহু মখোয়না উবীদে ।
ওইরে মমৈদা ঐ, মচু কয়াগী জীব
মচু মখলগী জীব অমা ।
কল্ল কল্লবা খুংনা
চিংভি ইল্লি মাঙ তুং খঙদে ।

য়ুহারাবা লোয়রকপদা ঙাওবা কোকুম
হাইনা হাইনা লেপ্লি ঐ
পাম্বৈ লৈতে, পাম্বৈ লৈতে ঐ
মিং পাঙবদা কনাস্থু উদে;
খুং ময়ামতুগী মপুন্থু
কদাই কদাইদা লৈগ্রবা খঙদে,
ঐনা জ্ঞান তারকপদা
লেপ্লম্মী ইদোম পৃথিবী ময়ায়সিদা
ইথম্নতা, পৃথিবী ময়ায়সিদা।
লেপখিধনি অহানবদদি
অতেকপা অহিংবা নাপী হৌবা পৃথিবীদা
অহুবু হৌজিক্কি লেপলমলে
মৈনা চাকথ্রবা পূমকং কংলবা নাপীথক্তা।
তারমদাই মুমিংকী মশেকনা
সংসারদি মচু ওল্লকলি—
পোং চৈ পুম্বগী মশক মচু
ওল্লকলি লোইনা ৱাউথাংনবা
শেম্বী শাবিরম্বা খুংয়ামদি মাঙখ্রে।
খুংয়ামলক্তা অৱাবা খাঙলিঙৈ
মিং চেজেং উইশিল্লিঙৈ
মায়কৈস্থু লেপহৌদে
কদায়দা চংকনি?
ঈশিংগী ঈশিং ঙাক্তা
মতুস্থু উনপাক ওল্লবা ঙাক্তা
উমং ৱামং ঙাক্তা
মতুস্থু লেপকং কংলবা ঙাক্তা

লৈরিবা মীয়াম শা-ঙা
নুং ওল্লবা ঙাক্তা।
জীব পুম্বা লোয়না
নুং ওনগ্রবা জাৎলা ?
কদায়দনো ঐবু— কদায়দনো ?

# ইবেমপিশক



## তারকখি

নখোয় খুদিংনা হায়গনু
নশাদো অমুক্তং খপ্প্ হায়না,
তোইনা তারবদি থোইশাওই।
পীকপ্রবা পোম্নুংশিদা
ঐবুদি য়োম্লিং চনশিনবিরে
খজিক্তং ফন্দোকপগী জগাম্নু খাজিনবিগ্রে নখোয়না
অতুগা—
কদায়দনো ঐবু শাম্লৌ হায়রিবা!
ঐগী শংবাম্নরবা মচু ফাওবা
হৌজিক্তি ওনগ্লে রাউথাংনবা,
ঐগী খোঞ্জেল
চান্নখিগ্রে ইপাংশিংগা।
খোইথুম্নবা উহৈশিং

অমদগী অমদা-চোং চোং
ইশা ইরেং থপ
নিংতমজবা উমং রামং ;
মুমিৎনা চীংয়া পকলকপদা
ঐস্মু হনিনিংলুই মহৌশাগুম
থপকে নীংলুই অমুক্তং—
পন্দুনা তারকখি ঐগী খাজিল্লবা পোম্মুংসিদা
খাজিল্লবা পোম্মুংসিদা .. ...... ।

## ওপরেশন

ঐ শিববু কি
অহুনা
হিংঙ্গে লাকপনি,
শিবা হান্না তমখিবা তারিবরা ?
ওপরেশন থিয়েটর 'মুংহুদা
শ্রেং-শ্রাং খুৎলাই থাংদোক থাংজিনগী মখোল
থল্লায়সিবু নীকহল্লি,
নোংমদি মাঙলগদবা পুন্সীগীদমক ।
অহুবু
কাদবদি য়াম্রে
ওপরেশনগী শগাইথক্তা,
হিংনবগীদমক হিংননবগীদমক ।
নীকহল্লবা থল্লায়সিবু ফাথরগা
হিপথরম্মী ঐনা তপা য়াম্না তপা ।
খোঙ-খুৎ পাং তিংলে
তম্নলাই মানবা ঙাক্তনা

ঐগী অকোয়বদা লেপলরেঁ
অতুগা লোয়ননা
ৱাহং কয়ানা ঐবু ককণ্ডাওনহললে।
অহুগী তুংদা
ঐনা করি তৌখিবা
মখোয়না করি তৌখিবা
ঐ করিমত্তা খণ্ডবা ঙমখিদে
ঐ করিমত্তা খণ্ডবা ঙমখিদে।

# মেমচৌবী

●

## লাইরৈপাক্কী অমম্বসিদা

লায়রবা
নঙগী য়ুমদনা ঐদি নঙগী নাইনি
ঐগী ইপানা নঙগীদমক য়োকলকপা
অমকপা য়াওহন্দনা
ইনাকখুনবা
নঙগীদনা নঙগী লাইধিবীনি
লৈতেংবীরকপনি ইমানা
মচু মচুনা নঙগী মীৎয়েং চিংশিন্নবা
থাবলগী ফজবা খঙজদে ঐ
লৈচিলগী অতিয়াগী
ও !   অহাঙবা মালংগী
খঙদে ঐ খঙদে ঐ
ঐখোয়গী পুয়ানা হায়
মসি লাইরমলেন্নি ।

মতম মতম হৌগ্রবা মতম
লাইরৈপাক্কী অমম্বসিদা
হিংলকপনি নঙ
হিংলকপনি মুপী নঙ
অশিবা থরায় নৈহৎপিরবা থরায়
ফমহনদুনা অরাংবা ফিদমদা
অশৈবা কয়াগী সুমহৎপা রাহৈদা
পঙথহনদুনা হিংলকপনি নঙ
মালেমনা শীংথানহনবনি
'থৌনাফবী মৈতৈ লৈমা'।

## অন্দ্রোগী মৈ

(১)

ফৈদাবুংগী লম্পাক্তা
মীহাৎ থৌরি অমমমদা
থরাক থরাক য়াম্থহনা লৈরি
মঙক ইচোয় চোয়
মমিৎ ইতুক তুকথ
থঙ্গাল জেনেরেল লৌশিংখোম্বা
কোয়রেং যুবরাজ থৌনাফবা।
অকোয়বদা,
ফীঙৌ কোকথুম্নদুনা
খ্বাংদা খাংচেৎ লাকশিন্দুনা
লেপলি মৈতৈ মুপীশিং
মরু লুকথদুনা তুমীন তুমীন

খোয়জীখাদা খোয়জী মীহুন লাংখি
মৈগী চীং অমা
মৈগী চীং অমা।

(২)

মবুখৌ চীংখোং পোইরৈতোন হাক্তক্তগী
ওমহুনা থমলকলিবা অম্রোগী মৈ
য়েংঙু য়েংঙু
ঙসিগী খেনফম ফরবা অয়ুকসিদা
মৈরি থোক্লা
ইঙাং ঙাংনা চাক্লেসে
ইঙাং ঙাংনা চাক্লেসে।

(৩)

পোকখায়রক্লে। নঙস্থু
মৈতৈ হুপীগী শিয়োমহুংদা
কুমজা কয়া লোৎলকলিবা
অতুম্বা মৈগী চীং
অতুম্বা মৈগী চীং।

## বরকন্যা



মোংফমগী মীনোক

নঙগী নখূংনা য়ুগী পাত্র লানশিনবিহুনা
ময়ায় কাহল্লন্নু ঐবু হিংনবগীদমক ।
খল্লু করিবু কান্নরুনি
ঐগী শদোং তোংশা
ঙম্না ওস্থোকপ্রবদা শরূপোল্লাং ।
নহাক তাও
ঐগী থবায়না চিংলি ঐহাকপু
মোংফমগী লম্বীদা
শুক সুরবা
আশাগী তন্দন অমত্তু পাইরক্রবা
নোংয়াই চবুক লোনবদা ।
ঐগী রাগী কাংথক মথাসিদা
লুমহুনা লৈরবে খম্ন ং কিকোই লৌওনবীনা

চান্নবী, নঙ ঐবু ৱারৌগম্নুকো।
ঽদি চৎলগে নাকেন্থাগী লম্বীদা।
পীনীংদনা পীরে কায়না ৱাহৈ
নঙগী খুদোল শমজীরৈগী থাজৎপু।
নহাক কাউগম্নু
ঐগী পুন্সী মকা ফন্না লৈশাং তম্নম্মী
নোংমদি
শজিক থবানা নোংমদোন্দা ঙাল্লিগে।
অদুবু লৈথক লৈখা গন্নশ্রে
ঙসিদি পৃথিবীসু।
উফুল শানা কায়শ্রে
শাগৎচরুবা শক্তম কয়া।
শাংলবা হকাম মপৈগী পুন্সী
গুংগ্রং মাংগ্রং হিংলে থৱায়
হিংচাবা কোল্লুপকী চৈফু মথাদা।
মথোয়নদি ঐবু "মী" কৌরি।
অথোৎপা থম্মোয় অমগী মপুনি
হায়শিনবীরগা ময়াই কাহন্দুনা ঐবু
মথোয়গী মতুং ইলহল্লি।
অসুম্না ঐবু ইস্থখি লুখাককোমদা
হন চঙলবা অপূম্বা হৈ অমগুম।
তারিব্রা নহাক ঐগী মচু থোক্রবা ৱারীসে?
দ্রৌপদিগীদি অমুক্তনি
সভাহুদা মফি মুনখিবা
করাম চাউবা হুযাযন্না।
ঙসিদি তোল্লবীশিংগী মফি
লীশিংলক মুনগ্রবনি

ইকাই খণ্ডবা মায়থাবশিংনা।
পিরাংগী রাকং করিবু চন্নফম লৈরুনি
থম্মোয় কনবশিংদা ?
পুন্সীগী পোৎচঙ অহুমদং তাল্লুবদা
ঐস্থু ওসি ওইরি
থৌরী য়াল্লবা মূর্ত্তি।
অহুনা মায় পাকপগী রারীদি
ঐ থারে।
মায়থিবতনি ঐখোয়গী শকক্তি
নঙ ঐনা খণ্ডলিবদি।
অহুগৈগী মঙলান্দো নঙ ঐনা মঙখিবা
কায়থ্রে তোইথ্রে অমম্বা শুকং অমদা
অসিতনি।
অহীং অহুগী মীকপখোন
থৌশাবীখিবরা কনানবু ?
চৎলসি অমত্তা ঙায়রবা লম্বীহুদা।
কাউথোকথ্রো অহুগৈগী
ময়াই কাবা রারীদো।
থেৎকে থৌরাংলম্থু পোমশাৎনবী
ইঙেল্লৈ ঐগী নাপ্পদা।
অহুগী শরুক পোখৎলো
অতেক অকায় মপৈগী নম্বোসে
পুন্সাসিনা ফংলকপা।
য়েংউ, মাঙদা লৈরে খোঙলম্বী অমা
মোংফম তাল্লা চৎথ্রিবা।
থারুরসি মফমদ্দুদা ঐখোয়গী কোকথোং

থামম্বা অহীংসিগী ঈশৈ লোইত্রিবঙৈ।
মফমতুদা ঙাইরমনি খোয়রুম,মীনোক অমত্তং।
মতুতনি ঐখোয়গী লেঙদবা।
মতুতনি ঐখোয়গী নাম্থোকপা য়াদবা।

## অশিবৈ রাকৎ

থোঙনাউ লাম্থোক্লুনা কম্না শীৎলকই মুংশিৎ
অথেঙবা অহীংগী মমৈদা।
দিমোন্সট্রেসন রুমদা য়াল্লিবা
নোম্না তারুবা স্কেলেটন্দু তপ্না
হায়রকই মুংশিৎকী শাফুহুদা!
মীৎকপ থোক্লকই মহাক খঙহৌদনা
মহৌশাগী খুৎনা শোকপদা।
ফাওরকই থম্মোয়হুদা ঈচেলনা
শাফু কম্না চেল্লকপগুম
নীংশিংলবপদা মহাক্কী হৌগ্রবা রারীশিং।
অশাউবগী ঈনা শিংলিবু পোবখায়হনগ্রবগুম্মী।
কম্না লাউরকই স্কেলেটন্দুনা—
"ঐস্নু হিংলম্মী ঐস্নু হিংলম্মী
ঈংলবা মালংগী শহুম্লকসিদা
মকা কম্না শাত্তোক্লম্মী ঐগী থম্মোয়স্নু
য়েন্নীংথাগী মতমদা
ফুগায়রবী লৈরাংগুম
ফুগায়না শাত্তোকখি ঐগী থম্মোয়স্নু।
অহুবু ঙসিদি শদোং পক্রুবা

শিংলি য়াওদ্রবা শরূগী শক্তম
কিংনিংঙাই তুকচ্চনীংঙাই ওইরবা।
অস্থুম্না মথং মথং কায়থরকখি
ঐগী মঙ আশাগী ফুবা।
হায়য়ুনে অহীংবশা
নখোয়সু ঐগুম ওইরক্কদরা
পাঙ্গল থোক্তুবা শরূ পোল্লাং ?
ঐ খঙই ঐ নীংশিংলি।
ঐবু চঙহাৎ হাৎখিবনি
হিংশেৎ শেৎখিবনি।
লম্ন্ধাংদা লংথোকখিবনি।
থম্মোয় অমগী মপুনি খস্থবিদনা
উকক রাবক্কুম নুংতুম চ্যেত্তুমগুম
লংথোকখিবনি ঐবু লম্ন্ধাংতুদা
মীথুংশি য়াওদ্রবা মীওইবা নখোয়না।
ঐ মতুগী লমন খুম্নিংই।
ঐ মতুগী লমন খুম্নিংই।”
খোঞ্জেলসিনা নীল্লকই
অচীকপা কান্নুংতুদা খোম্থাং য়ৈরকই।
অতুবু অমুক চীকখি মফমতু
মোংফমগুন্না তুমিন নৈখি।
মঙারক কানবীদগী খোংলকপা
লম্ন্ধুই অমদি লঙজাশিংগী
খোঞ্জেল্লক্তা তুমিন লুপশিনখি খোম্থাংশিংগু
হৌজিক্তদা পিগী মরীকশিং
শিন্থরকই লেপ্তুনা অকংবা
শরূ পোল্লাংতুগী মীৎলু অনীদগী

লেপ্তুনা শিন্থরকই পিগী মরীকশিং।
চীংখৈ ফীতুপ হুল্লক্লে
অতিয়ানা মহাক্কী ঙাঙলৈনবা
কোকথুমফি হাইদোক্তুনা
মহৌশাগী জগোয় খুথেক
য়েংননবা শেম শাবক্লে।
ঙাইহাক লৈরগদি লাক্লগনি
ফীঙৌ শেৎপা মেদিকেল ষ্টুদেন্টশিং।
মহাক্কী হকচাং কায়াৎপু
পায়তুনা শান্নবগনি।
মশীং থীরবগনি অমমমতা ওইনা
মহাক্কী খুজেংগী শরূশিংবু অস্থুম্না—
"সি লুক্স টু প্রেত্তি ত্রাই টু কেটচ হার।"

## রতন থিয়াম



তিয়েনআনমেন স্কোয়ার ! নওগীদমক
অঙাংবা গুলাপ।

হৌজিক্তা অঙাংবা ফিবালগী সমুদ্র ঈথক হৌবমই। অহুবু
মীওইবগী অধিকার ফংহনবীয়ু
হায়জবা লাক্লম্বা
ঈরাওথোল অহু লেপখরে
ঈ তৈরবী
তিয়েনআনমেন !

নওগী তম্পাক্তা মখোয় লোইনমক
নাহিগা লোইনবা মুংশাখর হোনলম্লগা
রারহুনা তুমখগ্রে
য়াওনগী থৌনা পুরবা তনৌরিবা থম্মোই লিশিং কয়া
নেংথংগ্রে বুটশিংনা চনপ চনপ লাওড্রিকাওবা

কানক্রক মনম নম্লবা অমুবা মৈখু হায়দোক্লুনা
মৈ ঈক্লবা নোংমৈ মৰূগী
মমিং থারবা
মখোয়গী হকচাংশিংনা
ওন্ন থোইনা শান্নৰরে অমুকফাওবা শান্মনা ফংলরোইদৌবগুম
অরোইবা ওইনা।

মখোয়গী স্মৃতিদা
ঐনা নঙগী ফিরাংজি থারবা নতম্বাক্তা
মিংতগী কোকপা লোইররোইদবা মচুগী
অঙাংবা গুলাপ অমত্তং থম্লমগে
তনিক্লবা মিংলূদগী তারকপা পীনা লিক্লা ওইরগা
তিয়েনআনমেন!  নঙগীদমক অঙাংবা গুলাপ।

## রাঃ কুঃ ভুবনস্না



### ওস্ত্রেলোপিথেকস আফ্রিকানস

কদোমদনো হৌজিকপু নহাক থিকুগদবা

ওস্ত্রেলোপিথেকস আফ্রিকানস

অশোঙবা নারক ঙসিনা অরাঙবা সহর
উচেক রায়াগী খোঞ্জেল হৌজিক্লা লাক্লবগী মুন্নবগী
পাং তুরেলগী ঈরাওখোল মতমসিদনা মীকপ মীবাওখোল
অশংবা তম্পাক্কী মহুৎতা
অকংবা লৈকংলা

কয়াদা রারবা
ঙসিদি
নওগী লম্বেলশিংসে

ওস্ত্রেলোপিথেকস আফ্রিকানস।

করিগীনো নহাক্না লেপখৎতুনা চৎলমলিবা ?

কদোমদা চৎথ্রবা নহাক্কী
থল্লানমিচাক্কী মায়গৈ।

নঙদি রা ঙাঙলমদে
নথন্তা।
তুমিন্না
মরূপ মপিজাস্থ লৈজরমদে
মহুনা হেন্না ফবমলে ?

করিবু খল্লম্বগে নঙনা মতমহুদা
অহাঙবদা যেংহুনা।

মতম অমদা শা
চীংদা মান্দা চেন চোংহুনা শান্নজবম্বা
ননীং তম্না
কয়াদা পেনজরমগবা মতমহুদা ?
ঙসিনা শীংথানববা মীওইবা
সভ্যতাগী শাবঙ মন্নুংদা ;
এস্ট্রোলোপিথেকস আফ্রিকানস।

## ধ্বতরাষ্ট্রগী লৈবাক্তা

প্রজা পুম্বম্থ ধৃতরাষ্ট্রনি
নিংথৌগী রাযেলবু কিজককবনা।
অহুনা পোক্লকই ধৃতরাষ্ট্র চাম্মা চাম্মা
ধৃতরাষ্ট্র চানগী মচা ধৃতরাষ্ট্র লীশীং লীশীং

ধৃতরাষ্ট্র লক্ষা লক্ষা।

নোংমা থিরকই
নিংথৌ ধৃতরাষ্ট্রনা ভীমবু
হাংকদৌবগী কোনশিন্নগা চপথাযবীদুনা
ধৃতরাষ্ট্র অমদগী ওনখিবা
দুর্যধনবু হাংখিবগী লমন।
ধৃতরাষ্ট্র অমদগী ওনখিবা
শ্রীকৃষ্ণ অমনা অমুক
থাজীল্লি
য়োংনা শাবা ভীম অমা;
অস্নুম্না হাংলি ধৃতবাষ্ট্রনা পেঞ্জনা
য়োংনা শাবা ভীম অমমম
মাগী নৈবাক্তা মুংতিগী।

হৌজিক্তি ওনথ্রে
মী পুম্বা
ভাবনা শাবা মাযাগী
যোংকী ভীম।

# থোকচোম বিশ্বনাথ



## ইচম চম্না অমসুং চম্নদা লোইবা

নুমিৎ খুদিংগী ঙসি ওইবা। ঐনসু ইকোম কোম্বা : অনৌবা ঙসিগা সুম লৈবদৌনা চৎখি অযুক ওই নুংথিল ওই নুমিদাং ওইনা। শম্নদি : নুমিৎ থোকই অমসুং নুমিৎ তাই।

ফল্লাংগী কেলেণ্ডর শীন্দোকই অনৌবত্না অমনবা হেক ওল্লকপদা। ফল্লাংগী ঘড়ী নোংমাইজিং খুদিংগী চাবী থাই চয়োলগী ওইনা কাউবা লৈতনা অত্নগা চৎলি ঐনা কোয়বগা তুম্বগা চাবগা : কোয়তুমচা ওইনা।

শেল য়াওদবা ফুরিৎ খাউদা খুৎ হুমজিন্দুনা, খুৎ হুমজিন্দুনা খোংগ্রাও খাউদসু চৎলি খুঙ্গংগী লম্বীসিদা নোংজু নুংশাদা হঙৎ-হন্দা মুংশিবা থরায়সি পুত্নুনা ইতাউ তাউনা ইচম চম্না। নোংফাদোকসু হীসাব পাবা য়াদবা যুমগী থবক শুখি হায়বদি মীনা নোক্নি লোৎশিনজে। নুমিৎ খুদিংগী রা রা লাউই পুংকক চাওবী ফুমারীশিং, মমায় তম্খাই লোৎশিল্লিবী মৌনহা অমসুং মউন খুইবী হন্নুবীশিং ঙাওনৈ লোম্না নত্রগা ফোংনা মতম থীক লৈতনা তোতী মখোঙদা ঈশিং ঙাইনা ঙাইনা ইমুং মন্নুংগী রা পুখোক্লরত্নুনা রা রা নোকপসু ময়াওই। মখোয়গী রারীনা কুম কাংবদা েনশিলহৌই ঐগী রাসু : বি, এ,

*লম্বোইবনি তু আদগীসি। তানা তাশিন্নদবা হৈ ঐ। ঐতনা খঙবা হোনৈ শাউবা য়াদে ৱাশকচৈ।*

*ঐনা ঐগী শেল য়াওদবা ফুরিং থাউবু করম্না নুংশিগনি : ইন্টরভিউ।*

খবর চে পাই ৱায়ত্তুনা ইখাগী অঙাং শেল পীত্তুনা থবক চঙখিব-শিংদগী। থবক্কী এডভর্টাইজমেন্ত লোন্না য়েংঙি : ইরম্মী কেরানী ১০ গী অহাঙবা ফম। চহী : ৩৬ তগী হেন্দবা। মুন্না খল্লী চহী কয়ানো ইশাগী খুৎ থেকতুনা পাই। ফল তাই কুমশিগী চৈরাউ-বসিদা ৩৬। চহীসিদি নুমিৎসিনা থোকপগা তাবগদা 'সুম চৎখিবোইরে। কল্লকইকো থোকপগা তাবগা 'সুম মাঙখিব নুমিৎ-শিং। নুংতিগী অনৌবা মানবা হে নুমিৎ নঙনা ঐবু থেমত্তুনা ঙসি ঙসি হায়ত্তুনা থাবল চোংমিন্নৈ নুজাগী মোল্লবী তনৌবী খুৎ-শাদোনা নুংতিগী।

ঐদি য়া য়া লাউনা হৌখিববু নীংশিংদবমথৈ : মন্থরমলেদনা।

পাঙথোকলিবা মীৎনা ঙাথরত্তুনা মুন্না য়েংঙি ইলেক-লেকথবা উনশাগী। শদোং পুম্বা ইকোম কোমথবদা : নুংশিরবা পুন্সীবু ওম্থোকচরে পুমওন-ওনবদা। ফুলৈনবা উনতনা কৃপ্পা লৈকঙলা মানবা ঈ মরানা পুন্সী ওইবা : থাজবা অমসুং চাউথোকচবা লাইবক অমা তাইনফম অমদি ঐগীসু লৈজরম্মী।

হৌজিক্তি হে মাঙতাক্লবা লান : নঙনা ঐবু থেমজিল্লো অরোইবা ওইনা। হৌখিবা অমসুং লাক্কদববু পুমতুম তুম্না মাঙখিবত্তু ঐগী ইখোঙনা হেক মুথৎচবা খোরীগুম ইরায় লায়হল্লু।

হে মতম নঙনা ঐবু তপ্পা তপ্পা লোন্না নারোন্দা লাঙ্গোই চনগে থৌরাংলিবত্তু : ইবা লোইরবা চিঠিগী চিঠি খাউদা গম নপ্পা ঙাইবনি। নত্রনে মহৌশা : নঙোন্দা 'মুক তিনগদবা মরৈরবদা। ( কুইনা নৌবা তৌহৈদবগুম )।

## কোম্ছৌজম কালেনজাউ



### অতিয়াদা মুশুকমুবা চাকথোং চফু পাইরে

মায়কৈ পুশ্বা নিল্লী, ইনকিলাব—জিন্দাবাদ !
প্রজা মীয়াম লাউরি, নীংতম্বা মুমিংনি ঙসিদি।
মরি মরি চংলি তেরা ককাচেংগুম লেপ্পা লোইবা নাইদে।
হরাউরি অতিয়াদা পাইবা চেক্লা কয়াস্থ,
নোংমদোন খেংনা পাইরি মচু অহুমগী ফিরাল।
রায়েলশঙগী মতোন্দস্থ, অচৌ অশাংগী বাংলোদস্থ।
লৈরক্তা খুল্লক্তা ফিরাল পাইদে।
মুঙাইবগী খোঞ্জেল, হরাউবগী ঈশৈ,
তাদে করিমতা তাদে
ইনকিলাব জিন্দাবাদ !
পেন্দবা, মুঙাইতবা, অরাবা, কপ্পগী খোম্থাংনা
অরাম খোরাংবগী মৈচাক্লা লৈরক খুল্লক খণ্ডদে,
তাদে, উদে, রায়েলশঙগী ফিরাল,

বাংলোদগী থোরকপা খোঞ্জেল
ইনকিলাব— জিন্দাবাদ !

*থংনরিবা য়ুম্নদা অঙাং কপ্পী,*
*ম্নৈতৈ ম্ননাও ফুনৈ, খংনৈ, বপ্পৈ*

চাবা চাদবগী, শেংপা শেংতবগী ।
মমানা চাকখুম্নদা চঙখিহুনা
চাকথোং চফুদো পুথোবক্লগা কপ্পিবা অঙাংহুদা
পায়হুনা শাম্নহল্লি কপ্পা ফননবা
কপ্পা তোকতে।  থোইনহুম কপখংলকই ।
ম্নমানা মচাগী অবাম্বা কোকহনবা ঙমদ্রবদা
পাম্বৈ লৈরকত্রহুনা চৈশাং অমা পায়রগা
অমুবা মুশুকমুবা চাকথোং চফুদো
চৈশাংহুগী মতোন্দা থম্নহুনা
অতিয়াদা ব্লাংনা থাঙ্গৎলগা
ক্রোক ক্রোক নীক্লকই ।
অহুগা হৌনা হৌনা লাউবকই
"নীংতম্বা মুমিংনি ঙসিদি ।"

# ইলাবন্ত য়ুম্নাম



## মশক

সহরগী খাজিনবা ফক্লাং নত্রগস্মু খুঙ্গংগী শিল্পীশিংনা শূরিবা কোওপ-রেটিভকী য়ুমগী ফক্লাংদা ওইরবস্মু এদভর্টাইজমেন্ট খরা তৌবদি চুম্মি হায়না খল্লকই। কনাগুম্বনা সোরোক্কী মথম্মোয়দদি কমদৌই হায়বীরক্লবস্মু অঙম য়াই। মী মকোক ময়াম অমা পূন্না য়েকশিন্নবগী মতম্না ঐথোয়দা থোঁদারকই। মীকোক ময়ামসিগী মনুংদা মনাতোন নম্বা তুম্বা মমীৎ লাওবা খুবা নাপঙবা পঙদবা খোঙতেকপা তেক্কবা পাবিরিবশিংনা খরগস্মু হেন্না খঙবীর। নৈরগদি অমুকস্মু হাপচিনবীবদা অইবনদি নীংতম্বা পীজে। পূন্না হায়বসিদা মচেৎ মচেৎ য়াওদবরা হংবীরক্লবদি মতু তুরি পায়বশিংনস্মু খরদি খঙগনি। তুরিবু পায়হল্লিবা মহৌশাদগী কেমিকেলশিংনা ওন্থোক্লবা মতু কয়া অতুনস্মু মশাগী শক উংচনবা তানজা লৈ। মিহুন্না থাক্লবগী শিংলিদা ঈ য়োক্লি।

নীংতম্বা ফংবা কুইরবা লৈবাক অসিনা গুদস-ট্রেন অমদা কাশ্মীরদগী কন্যাকুমারী গুজরাটতগী মণিপুর তংতনা চংথোক চংশিন তৌই। মরক মরক্তা 'ঐখোয়গী' কৌবা ষ্টেসন্দা লেপ্পী। ষ্টেসনসি য়ৌরকপদা জীব খরা অমনা 'ঐগী' ষ্টেসন থোনগদবনি শীংনরম্মী। জীব খরা অমনস্তু চপ মান্নে ৱাকংলম্মী। 'ঐখোয়গী'গা 'ঐগী'গা মপুম থীংনা নম্নরম্মী খেক্লরম্মী ফোয়নরম্মী খোংতংনবম্মী। মসি উবদা ঈনা হায়রমই, ঐঙোন্দা য়েংলকউ। মোংফমগী লৈনা হায়রমই, ঐবু নখোয়গী নাপদা অমুক্তা চীনবীয়ু। থৱায় পানবশিংনা হায়রকই, মীওইবদা য়েংঙু। মীনস্তু হায়রমই, জাতিয়তাবাদতা য়েংঙকউ। পূম্নমকসিবু খানা য়েংলগা ট্রেন ড্রাইভর অত্থনা নমহংলকই, ঐগী মশলসিদা য়েংলকউ।

## পিরাংনা ইরবা শৈরেং

শৈরেং ইরমই ঈ মশানা। ঈশিংনস্তু শৈরেং ইরমই নোংজুথাদা। শৈরেং ইরমই নামিবনস্তু লৈ মরক্তা বসন্তগী। অমুনবা উহৈনস্তু য়াম্বরহনা চরোং ওইনা ইরমই শৈরেং। য়ুনা শৈরেং ইরগে কন্না হোৎনজবা মুমিং অমদা পোকপা কুইদ্রিবা মপুক লাম্লবা অঙাং অত্থনা থক্লিবা খোম্লাংনা শৈরেং ইরমই। শামান লেংমান্নবগী হিদান্নবগী ফুয়না হোনবা শ্বরনা শৈরেং ইরগে উংলিঙৈদা শাবী শানৌগী মিংস্লাদা ঈহৌরিবা পিরাংনা শৈরেং ইরমই। মুংঙাইবগী হুমাং মরীক্তা শৈরেং খোমজিল্লিঙৈদা অরাবগী টোটিদগী লৈকংলাগী খুজায়দা হৈথরমই শৈরেং জোরো জোরো।

## কোন্সম কুঞ্জধবজ



### ইম্ফালগী মৈ

খঙহৌদনা মূংখিবদা,
ইম্ফাল কোম্নুংগী বিজুলি মৈঙালনা,
লম হেল্লবা খূৎতু তিংথোবকখি
শা মচা অমা ফাখি
শেত্তুনা চাখি
ঈ চূপখি
পাঙ্গল্লবা শা মপী অতুনা।
অমুক লাক্লবদা মৈঙালদু
উনবকখি মীয়াম্না
চেক্সুরিবা ঈখেংদু
য়েংনখি পেন্না।
অমুকস্মু মূংখিবদা মৈদু
ইম্ফাল কোম্নুংগী গলিদা শাংলম্বা থম্বালদু

শাংক্ম নঙ্গে হায়দুনা
হেক্তুংখি
শেগাম্খি মচেং মচেং
থম্চেং চাথোকখি ।
অমুক লাক্লবদা মৈঙালদু
য়েংবত্তমক য়েংনখি,
য়েংবতমক য়েংনখি,
শেগাম্রবা থম্বালগী লৈনাহু ।

# বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম



## বন্দি

মঙলি মখোযনা নীংতম্বগী মঙ,
তূম্লহনা ইশি শিনা
থাববা চেকপলন্নুংগী
শূক্লা মম্লা কাখ্নুংসিদা,
কুইবে তূমথগ্রিবা মখোয
তুমথদ্রিঙৈদদি খঙজবমদবনি
মশাসে বন্দিনি হাযবা,
হেক খঙলকপা মীকুপতুদগীনি
তুমথগ্রিবস্থু মখোয়না।
খঙদে কৈদৌঙৈনো
মখোয়না মীকপ থোকলক্কদবা
বন্দিগী কাখ্নুংসিদা অস্থুমক।

## সিবু হৌনরিব্রা ইমা

পুন্সীনা হীংনিংই
চহী কয়া নীংতম্না
য়ৈখায় থিনগায় লৈতনা।
অদুবু ঙসিদি
অস্মুক নীংতম্না হীংজনিংবা
পুন্সী কয়াসিবু
নেংথংপিরে চবেং চবেং
মতমগী চাউরবা খোঙপাক্না।
চৈথেংদুনা মতং মতংলবা
ঈখেঙতনা লুপ্লবশিংসিবু
লেংথংপীরি অমুকস্মু তমথীনা
মরৌচাওবা মাগী
চাউরবা খুবামন্থুংদা পায়রিবা
মৈ ঈক্লবা মীরেংজৈদুনা,
অদুদগী পুমহাঙ হাঙলবা
লমনাইদ্রবা মালংসিদা
থিনগংলদুনা লেম্নরি
লানফানি হায়দুনা মাগী,
মপোকথৈদগী অইংবা অথোংপা লোয়নরক্রুবা
মুমিংকী মমাঙদা,
ও! কয়া তমথীগ্রবা লীচং
মতম মাগী।
অদুবু পুন্সীশিংসিনা
চৈথেং অমতং ফংবদা
শীস্থবীরঙ্গনি পীরিক অমতং ওইরবস্মু

পিতনা থ, মহৎলবী থমোয় অমতংনদি,
ঙসিদি মাগী পীরীকশিংহুস্
ঙনগ্রে থাঙ
তৎতনা লাংলকপনা
পুঙমত্রবা মৈচাক মৈশা কয়া
চাকলকলে মৈরী থোক্লা
মৈরীত্নুা তম্লকলে ঙনশিন্দুনা
মতমগী চৈদোন্দা
য়াইফৌ ফৌরবা
অরোইবা মীকুপতা ঙায়রবা
পুন্সীশিংসি তম্না ।

# লনচেনবা মীতৈ



## লাল

হৌথিবা মপোক্কী লমন খুন্নীংলিবা মুমিংনা
থোরকই নোংপোকথংবা চীংগী মরুমদগী
অমুবা খদাঙচেৎ লাক
শাকি লানফি শেং
চীংথৈ ফিথ্‌রূপৈরব্লুনা ।
ফকথংলি মতং মতং
খুহুম চেংনা পায়রিবা মঙালগী থাঙশাংনা
নাক য়েৎতা চঙ্গুংননা খুন্দাশিনগ্রবা
নোংচুপকী লাঙ্গাবা থরানশিং ।
অদুবু,
নোংচুপ চীংশাংদা লেপ্লিবা
মশীং থীঙমদ্রবা লাম্মীশিংনা
কাপশিল্লকই লেপ্পা লৈতনা

অরংবা নোংথাঙগী লুহুপ উপ্পা
অমুবা মচুগী ভেৰৈশিং ।
ও !
মুমিৎসে শবৌ ঙল্লহনা
তুথরক্লেদো ঈঙাং পাক্তরহনা ;
কুরুক্ষেত্রদগী লানফম ময়ায়দা
শিবা মচেৎ থারা
তেনথক্তা য়াহীপ্পরিবা ভীষ্মগম ।
নোংখোঙ ফুয়না চুথরক্পা
মাগী অঙাঙবা ঈখেঙনা
তারকই :
শাদানবগী লাংদগী নাম্থোক্লুনা
অহিং চুপ্পা লেপ্তুনা চেল্লকপদা
চোকথমন্দুনা তুমথখিবদা ঙায়রিবী
মীরোনবী শঙাইগী মশাদা ।
তারকই :
মমাগী মথান্নুংদা য়াহীপ্পরিবা
উচেক মচাশিংগী মমীৎতা ।
তারকই :
শেগায়রবা খাংপোক্নুংদা কপ্লিবা
মিরাং থুরবা চফু-উয়ান্দা ।
তারকই :
মাঙ্গোন উখোকতেন্দা
মঙক শাংনা তিংথোক্লুনা হীপ্লিবা
ময়াং কংলবা হুইগী হাঙলবা চাকথাউদা ।
ঈখেংহু
তুংশিন্দুনা লৈ তারু তারুবা মফমদা

ফমজিন্দুনা নওশিন্দুনা

শেংতোক ফাকতোকপা অমত্তম্ম য়াদনা।

অনকপা অমস্তুং অথাগ্গদা খোংবা

লাম্নীগী হৌরবা বেঙ্গুল মখোলনা

চেনশিল্লকই মৈপী নোংলৈ মুংশিংতা খোঙনেংনবত্থনা

তুংশিন্দুনা লৈরিবা অঙাঙবা ঈখেং তম্না।

ঙসিদি থেংনরগনি

অনৌবা লাল অমমুক মফমসিদা;

নাকোঙ শীংজা য়েরবা বেঙ্গুল মখোলগা

ফমজিন্দুনা লৈরিবা অঙাঙবা ঈখেংগা।

মুং

নুং

নুংদা নুং

থাংবদা য়ারবা নুং

নুংপাক

নুংজাও।

নুংসিগী মখাদা ননশিনখি

লাল্লা কানা ঙমদবা থল্লায় অমা

হিংনা-হিংনা মীয়াম মমাঙদা, ঙম্মী শল্লা।

নোং চুখি। মুংশা শাখি। অঙৈং অশা মথং-মথং হৌখি। চহী ওনখি। মীরোল লানখি। মতমগী লৈরোম্না মথং মথং কুপখি। লৈখি নুংসিদি হাল্লগী হায়গুম অহোংবা অমত্তম্ম নাইদনা।

নুং

নুংদা নুং

থাংবদা রারবা নুং

নুংপাক

নুংজাও।

ঙসিতা নংতে। কুইরবনি। কয়ারক হন্ননি। থামন্থা অহিং খুদিং লাকখিবনি। মীওই কয়া-কয়া। মশানা মশামকী মকোক্তা ময়াক কল্লবা মপি লেপ্তুনা হৈথজরন্থুনা। কল্লবা নুংজাও-সিদা হজ্জিন-হজ্জিন শুজল্লে মরাইবক্তু, ইকোয় কোয়শিল্লন্থুনা। কপলৈ, লাওরবা মথম্মোয়গী লৈক্রক্তা মথায় পুংথবা মথৈ—

নুং:

নুং নঙ চেংখায়রো

মচেং তানা কায়রো

নঙদি থমখিবা নংতে অহিংবা থরায়ন্থুগী মথক্তা

থমখিবনি ঐখোয়গী ঈথক্তা

মরোল থোক্লবা থম্মোয়শিংসিগী মথক্তা

হে তমথিরবা নুং

নঙ চেংখায়রো

শিংকুপ শানা কায়রো।

## দিলিপ ময়েংবম



### নওগী মীৎয়েংদা পৃথিবী

লাপ্পা য়াম্না লাপ্পা আঃ দগী
য়াম্না লাপ্পা লাক্লে মীওইবা
চহী লীশিং লাশিং কয়া
তুংওইননা থনম্লে লম্বীদা।

যুগ কয়া কয়া চঙনা শাগৎলকপা
সভ্যতানা গ্রহসিগী মগুণ হেনগৎহল্লে
পোকচবগী মহৈ য়াল্লে খলহল্লি।
অহুবু মহু নঙনা লৌজবা রাখলগী ওমথৈনি,
নঙদি করি নঙগী গ্রহসিফাওবা উফুল মরিক'মা ফাদে
মপাল নাইদবা তাইবংসিদা। অহুনা নঙগী রাখল
পাকথোকওমদে দূর্বিন য়াওদবদা। মাইক্রোস্কোপ্তা
ফনা চাউথোকহল্লবস্থু অকুপ্পা পোৎপু
হিংমিল্লবগী অকুপ্পদি উবা ওমদ্রি।

অহুনা নওনা ফনা রাখল রাংবা মীংয়েং শানবা
শারবস্‌ নহনফমদা অহুম হজিনখি পোলোইদা ফ
নওগী মীংয়েংগী মৈরীদা
গ্রহসি মৈ চান্নদরা ফিনরি।

## থাজদ্রে হল্লকাখনি হায়বা

অনৌরবী মায়থোংনি কনাগুম্বী অমগী
পুক্নিং হুন ফজবহু। অঙৌবা য়েসমগী
ফুরিৎ লিৎলি। শংবানবা ইম্নফিনা লৈতেংলি
নিংথিরবা শাবান্দুদা। অহুগা থাংজিং মপালগী
ফিগে ফনেকনি শেৎলিবহুনা। মোমোন নোক্না লাকখি
লমদম অমা তান্না আশা কয়াগা লোয়ননা।

ফক্লাংনা কোয়না খাজিনবা মফমদুদা
তাইবং জগোয় শাবা লাকপনি।
মাগী জগোয় শাথেক খুদিং পুন্সীগী
পুন্সী ঙাক্তনি। হিংবগী হিংবা ঙাক্তনি।
ময়াইদা রাংখৎনা লৈরিবা নুংপাকথক্তুদা
তপ্না তপ্না কাখৎখি কেনা নৌনা।
অকোয়বদা ফম্লিবা ভাবোকশিং ইরাং লাংই
মমিৎ মনা ইথক থকই; মমিৎ কুপ্তনা য়েংনখি
অদুবু অর্থদি মাল্লখিদে।
নুংপাক মথক্তা লেপ্লগা লৈহুনা য়েংলকই
অহুবু মহাক নীংবা কায়খি। মহাক্না
লাক্লিবা আশাগা ওইরম্লিবসিগা

হাম্না লাপ্নখি। ফনা হোৎনহুনশুঁ
মায় পাকপনি হায়বা থাজদে।
ইস্নুক স্নকথনা কুমথরকখি করিমতা
হায়রমদনা। ময়াম ইরাং লাংনহৌই।
অদুবু মাদি থোরক্লগা নোংখোং পরেংগা
অতিয়াগা শয়ফমদা নোংচুপ পাংনা চৎত্রে
হন্না কাওবা য়েংলমদনা। মীয়ামতুদি লাংহৌরি
নিলহৌরি, লাকখিনি খন্না ঙাইহৌরি। অদুবু
মাদি থাজত্রে হল্লকখিনি হায়বা।

## ক্ষেত্রি রাজেশ্বর



### পোৎলুমছুগী রাহংনী

অচৌবনা
রাখল চাউনা, য়াম্না
খনবা,
অপীকপনা পীরা, খজিক্তা
খনবা ?
—মসি নত্তে ঐগী রাহংনা
পাম্লিবা।

লুরিবদি
পুন্সীগী পোৎলুমসিনী,
পুক্নী লানফমদগী
মিকুপ অমা ফাওবা
থৈদোকপা ঙমজত্রবা থরায় অমগী
পোৎলুমছুনী।

মরমদি

মথোল চামা য়াংবা—দলান্দুগী
অহানবা মথোলগী কোকথক্তা
মথোল মরিফুতরামাপন্না ননশিনখিবা
নত্রা
অহুগা চামশুবা মথোলনা
অহাঙবা অতিয়াগা নোকমিন্নখিবহু
উরবিনি নহাকস্থু ।

# রঘু লৈশাংথেম



রাফচিং

অশুকপা উমংদি অরাংবা চীংদোন্দা অঙোবা ইনফি ইন্দুনা লৈরি রাকচিংগী উলেনগী ফৈজুপ শুপ্তুনা। অঙৈংবা লৈচিলসু মশা থপ্তুনা পাইরি থোঙ হেক হাংদোরকপদা ঙুমীৎকী মৈশানা। অহুবু অকংবা উনাদি কেল্লকই লৈমায়দা উনগী শাফুদা।

মতমনা হি হোল্লি পোথাবা লৈতনা।

শান্নরি তাংগোইশিং মুংশিংকী শহুমদা অরাংবা চীংগী মথবাক্তা অঙোবা নোং পরেং পরেংগা লোয়ননা। উচেক্লা অনৌবা মহুম শেম্লি অঙাঙবা চীংগী চীংমায়দা অকংবা উপালগী ফৈরাথক্তা। উচেক্কী অপীকপা মচীন্না অকংবা নাপীশিং চেনশিঞ্জরহনা।

নোংথাঙনা মৈঙালগী মমীৎ পাঙলকপদা অমম্বগী মথাক্লুংদগী মৈশাগী মৈ ঈক্লবা অতিয়াগী উমংদা চেক্লানা লাক্ল-লাক্ল খোংলি শাদানবগী হু চেনবা থম্মোয়গী উমংসিদা।

ঙাইরি চেক্লাদি য়েক্লিংথা
অশংবা উনাশিংনা থক্লগদবা।

## শরতচান্দ থিয়াম



### অফ্রিকা

লৈত্রক ।

লাওনা চৎলবা লৈত্রককশিং
খোঙ কয়া পূখগ্রবা
খোঙ কয়া থুদেকগ্রবা ।

জেলঙ্গা পাইদুনা চেল্লকপা অঙাংশিং
তাশিনখি লৈত্রক মখুংদা ।
মখোয়গী কম্বগী খোঙ্গেলদা
লঙজা কাকশিংনা পাইথোকখি ।

পুংকক চাউরবী হুপীমচাশিংনা
শেৎলিবা মফি মরোল শেগায় শেগায়হুনা
চাথোকই হাউনা ।

নোংথক্তা পাইরিবা এরোপ্লেন্দা
য়েংথংলি খোঁরাংনা
ঙক্তগী হেন্না লেঙবা ঙমদ্রবা
পূক পায়দুনা থাঙলিবা
মীগী পরেং পরেংনা
ঙাইরি থাদরকপা
বোম নংত্রগা চাঁক ।

মশাগী
মনা থদত্তুনা শায়ব শায়রগা
ওইনম্না
শঙ্গু শঙ্গু লেপ্লি
পাখং মচাশিংনা
লৈত্রক্কী অকোয়বদা ।

চিলহাও থিববা মরৈ কয়া
মশীং লাকঙমদনা
থদত্তুনা চাইথোরক্লি
পাক্লবা অফ্রিকাগী লৈমাযদা ।
অশিবা মীগী হকচাংশিংনা
ফুল্লগনি লৈত্রককশিং ।

## পৃথিবী

পৃথিবী
নঙগী চাউরবা শায়োকশঙসে কোমগোম্নরে
অমত্তা ঙমদ্রে ফাজিন পুনশিনবা

যুগ কয়া চঙনা নঙগী কৈশলদা তাহনা শেম্নকলিবা
শাংলবা থৌরীস্থ
অস্থম অস্থম চঙখ্রি লোক্লুংদা

অতিয়াবু শেম্নখ্রিবা
উচেক মচা মচাশিং
পাইরম্মী মনিংতম্না অহুগা তারকই
পোপ পোপ
নঙগী চাউরবা শায়োকশঙসিদা

অহাঙবা অতিয়াদা থিল্লকই
রোকেট শঙ্গুনা
কুমগাংদনা পোকপা সেটল্লাইটশিং
চংফম লৈতবগী
চাফম ফংদবগী
লাউনৈ খংনৈ থেঙ্গায়নৈ
অমগা অমগা সেটল্লাইট মশেল অতিয়াদা

অতিয়াগী নীংতম্বা ঙাক্লম্বা
উচেক শঙ্গু শঙ্গু পাইথরক্লে ননাক্তা ঙসিদি
অকায়বা রোকেট মচেংশিং চীক্লহনা মচীন্দা
মহুমদা খোংলিবা চরায়রবা মচাশিংগী
অহাও অথুম উহৈ রাহৈগী মহুত্তা



# য়াওরিবা কবিশিং

১। লাইশ্রম সমরেন্দ্র (১৯২৫— ): য়াইস্কুল হিরু-হনবা লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। অনীসুবা লাঞ্জাও মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মাঙজীন থাবা কবি অমনি। ৱারেংসু ই। ফোঙলবা শৈরেং লাইরিক অছুম্নি— ৱা অমতা হায়গে তেলঙ্গা (১৯৬২); মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে (১৯৭৪); খুন অমগী ৱারী (১৯৮৫)। অনীসুবা শৈরেং লাইরিক অসিদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা (১৯৭৫); মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ঈম্ফালগী যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল (১৯৭৬); অমসুং নেসনেল সাহিত্য অকাদমী মনা (১৯৭৬) ফংখি। মণি-পুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা 'কবিরত্ন' (১৯৯২) পীখি।

২। এলাংবম নীলকান্ত (১৯২৭— ): কৈশামথোং এলাংবম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। কবি, ৱারেং ইবা অমসুং সাহিত্য অমসুং কলাগী সমালোচকনি। মহাক্কী 'মণিপুর' (১৯৪৯) কৌবা শৈরেংদগী অনীসুবা লাঞ্জাও মতুংগী ওইবা মণিপুরী শৈরেংগী অনৌবা খোঙচৎ অমা শাগৎপা হৌখি। ফোঙলবা লাইরিকশিং— অচাইবা লৈ (ৱারেং, ১৯৫৭); মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ (ছন্দগী মরমদা নৈনবা, ১৯৬৮); চৎলসিনে কদাইদনো ইবানি (শৈরেং, ১৯৭১); Aspects of Indian Culture (ৱারেং, ১৯৮২); তীর্থ যাত্রা (শৈরেং, ১৯৮৫); সুনীতিকুমার চট্টোপাধ্যায়গী "জয়দেব" (ইংলিশতগী অনুবাদ, ১৯৮৬); সংস্কৃতিগী শক্লোন (ৱারেং, ১৯৯১)। "তীর্থ যাত্রা" শৈরেং লাইরিক অসিগীদমক নেসনেল সাহিত্য অকাদমী মনা (১৯৮৭) ফংখি।

৩। কাঙজম পদ্মকুমার ( ১৯৩৪— ) : উরীপোক তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। মশক নাইবা কবিনি। মণিপুরী শৈরেং, ৱারীমচা অমসুং ৱারেংগী লাইরিক খরগী সম্পাদক ওইথি। মশাগী ফোঙলবা শৈরেংগী লাইরিক অনীনি— সন্ধ্যাগী ঈশৈ ( ১৯৭২ ) ; মসিনা ঐগী অরোইবা ৱানি ( ১৯৯২ )।

৪। রাজকুমার মধুবীর ( ১৯৪২— ) : নম্বোল কবো ৱাকচিংদা পোকই, শগোলবন্দ থাংজম লৈবক, ইম্ফালদা হোংলক্লুনা লৈ। অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশক নাইবা কবিশিংগী মনুংদা অমনি। ৱারীমচা অমসুং নৈনবা ৱারেংশিংসু চেফোঙ খরদা ফোঙখ্রে। ইংলিশতসু শৈরেং ই। ফোঙলবা শৈরেংগী লাই-রিকশিং— মচু মচুগী অতিয়া ( ১৯৬৯ ), কায়রবা মূর্ত্তি উরগা ( ১৯৭০ ) ; মিয়াং তারবা ফাদোক ( ১৯৭৬ ) ; The H-Hour Patient ( ১৯৮১ ) ; The Time-bomb ( ১৯৮৭ ), প্রলয়গী মৈরিরক্কগী ( ১৯৯১ )।

৫। নোংথোম্বম শ্রীবীরেন ( ১৯৪৬— ) : উরীপোক অচোম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকফম্নি। নীলকান্ত-সমরেন্দ্র মতুংদা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মাঙজীন থাবা কবিনি। ৱারীমচা, লীলামচা অমসুং সাহিত্যগী নৈনবা ৱারেংসু ই। ফোঙলবা লাই-রিকশিং— লৈচিল্লকী থাজ ( ৱারীমচা, ১৯৬৭ ) ; তোল্লবা শা-হুগী ৱাখল ( শৈরেং, ১৯৭০ ) ; হল্লকপা ( লীলামচা, ১৯৭৩ ) ; মসিনা ইম্ফালগী ৱারীনি ( শৈরেং, ১৯৭৮ ) ; মপাল নাইদবসিদা ঐ ( শৈরেং, ১৯৮৯ )। "তোল্লবা শা-হুগী ৱাখল" শৈরেং লাইরিক অসিদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা ( ১৯৭৩ ) ; "মপাল নাইদবসিদা ঐ" লাইরিক্তা নেসনেল সাহিত্য অকাদমী মনা ( ১৯৯০ ) অমসুং যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল ( ১৯৯২ ) ফংখি।

৬। থাংজম ইবোপিশক (১৯৪৮—): পোকফম ব্রাংখৈ থাংজম লৈকাই, ইম্ফাল। অনীস্সুবা লাণ্ডাও মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী ঈহৌদা য়াওবা কবি অমনি। নৈনবা ৱারেংদস্সু খুৎ থারক্লি। ফোঙলবা শৈরেংগী লাইরিকশিং— অপাইবা থবায় (১৯৬৯); শীংনবা (১বা অমস্সুং ২বা মশীং, ১৯৭৪; ইবোমচা অমস্সুং রনজিৎ দব্লিউ অনীগী শৈরেংশিংগা পুন্না য়াওবা); নোরোক পাতাল পৃথিবী (১৯৮৫)। অহুমস্সুবা শৈরেং লাইরিক অসিগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা (১৯৮৬) অমস্সুং যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল (১৯৮৯) ফংখি।

৭। য়ুমলেম্বম ইবোমচা (১৯৪৯—): পোকফম কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই, ইম্ফাল। অনীস্সুবা লাণ্ডাও মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী ঈহৌদা য়াওবা মশক নাইবা কবিনি। শীংথানবা য়ারবা ৱারীমচা ইবা অমস্সুনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং— শন্দ্রেম্বী থোরক্লো নহুম পোঙ্গেন শাবীগে (শৈরেং, ১৯৭৩); শীংনবা (১ বা অমস্সুং ২ বা মশীং, ১৯৭৭); সুমিত্তি অস্সুম থেঙজিল্লক্লি (ৱারীমচা, ১৯৯০); বাজকুমারী অমস্সুং উচেক মচাশিং (শৈরেং, ১৯৯২)। "শন্দ্রেম্বী থোরক্লো নহুম পোঙ্গেন শাবীগে" দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা (১৯৭৪) অমস্সুং "সুমিত্তি অস্সুম থেঙজিল্লক্লি" ৱারীমচা লাইরিক্তা নেসনেল সাহিত্য অকাদমী মনা (১৯৯১) ফংখি।

৮। সনখ্যা ইবোতোম্বী (১৯৪৬—): পোকফম কৈশামপাৎ থোকচোম লৈকাই, ইম্ফাল। অশেংবা য়ুম্নাক্তি হাও-রোকচমনি। শৈরেং অমস্সুং সাহিত্যগী খুৎই মথল অতৈদা খুৎ থাই। মণিপুরী থিয়েটরগী মশক্নাইবা ডাইরেক্টর অমনি। ফোঙ-লবা লাইরিকশিং— মেম্মীগী ডোক্তর (ৱারীমচা); তম্নলাই (শৈরেং); সন্ধ্যা (উপন্যাস); স্লোগান (লীলামচা); মণিপুরদা

থিয়েটর অমসুং ড্রামা ( নৈনবা, ১৯৮৭ )।

৯। রাহেংবম রনজিৎ ( ১৯৪৯— ) : শগোলবন্দ মোইরাংময়ুম লৈরক, ইম্ফালদা পোকই। রনজিৎ দব্লিউ হায়বা মিংদা শৈরেং ফোঙই। "শীংনবা" গী অইবা অমনি। মণিপুরী সাহিত্যগী চেফোঙশিং অমসুং শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অতৈদা মাগী শৈরেংশিং ফোঙখ্রে।

১০। নোংথোম্বম জ্যোতিরিন্দ্র লুরাঙ ( ১৯৪৯— ) : খাগেমপল্লী পনথা, ইম্ফালদা পোকখি। মণিপুরী চেফোঙশিংদা মাগী শৈরেংশিং ফোঙখ্রে। "অমম্বগী মমি" শৈরেং লাইরিক ইং ১৯৭৪ দা ফোঙই।

১১। সোগাইজম ব্রজেশ্বর ( ১৯৩৬— ) : আসামগী কাছাড় জিলাগী বরখলাদা লৈবা চিত্রাঙ্গন কৌবা খুন্দা পোকই। অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশকনাইবা কবিনি। সাহিত্যগী মাশা অতৈদসু খুৎ থাই। ফোঙলবা লাইরিকশিং— পিদোম্না হায়জবা ( শৈরেং, ১৯৬৯ ); অশংবা ঈথক ( শৈরেং, ১৯৭১ ); কথোকপা ( উপন্যাস, ১৯৭৫ ); হঙোই খোংবদসু লিঙ্গ হোংবদসু ( শৈরেং, ১৯৭৬ ); প্রজাতন্ত্র মুমিং য়োরক্লে ( শৈরেং, ১৯৭৯ ); অনৌবা মণিপুরী কবিতাগী শক্লোন ( নৈনবা, ১৯৮৩ ); ইতিহাসকী তিন-শিল্লবা মনম ( শৈরেং, ১৯৮৭ )। ইকোন কোনবা শৈরেং লাইরিক অসিগীদমক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালগী মপানগী অইবশিংদা পীবা সাহিত্যগী মনা 'কামিনী কুমার এরার্ড' ফংখি ( ১৯৯০ )।

১২। য়েংখোম বিহারী ( ১৯৩৯— ) : ককচিং খুলেন মখা লৈকাই, ককচিংদা পোকই। শীংথানবা য়ারবা কবিনি; নৈনবা য়ারেং অমসুং য়ারীমচাসু ই। ফোঙলবা শৈরেংগী লাইরিক অহুম্নি— অনৌবা পৃথিবী অনৌবা আকাশ ( ১৯৭৯ ); ঙমখৈ অমা য়াংমা লীশিং ( ১৯৮৩ ); অথুম্বা লমদম অথুম্বা চৈনা ( ১৯৯২ )।

১৩। এস, ভানুমতী (১৯৪৮— ): শগোলবন্দ শয়াং পূগ্রী মপান, ইম্ফালদা পোকফম্নি। ভানপীথোং ইম্ফালদা ওঙই। মশক নাইবী কবিয়ত্রী অমনি। শৈরেংগী লাইঘ্নিক অনী কোঙলে— খোঞ্জেল 'শীবু নঙগীরা (১৯৮২); কল্লবা ইরৈ'মদা অস্নুম অস্নুম (১৯৯১)।

১৪। ইবেম্পিশক (১৯৫৪— ): কাংচুপ লম্বীগী নাকন্দা লৈবা লম্বাল খুলদা পোকই; উরীপোক থুমন্থেম লৈকাই ইম্ফালদা চাওরকই। কৈশামথোং লোংজম, লৈরক, ইম্ফালদা ওঙই। মশীংদা অমস্নুং মগুণদা শীংথানবা য়ানা শৈরেং ইরে। ফোঙলবা শৈরেংগী লাইরিকশিং— মমি শান্নবা খোঞ্জেল (১৯৭৬); নোম নোম শগাইতোং চাননবা লৈতে তখেম্থাং (১৯৭৭); নাকেম্থাগী লৈরাং (১৯৭৮); মল্লা মল্লা লৈম্নুংশি (১৯৮০); শজিবু' কোমবিরৈ (১৯৮১); যুগসিগী ঈশৈ (১৯৮৩); মপাও (১৯৮৭)।

১৫। মেমচৌবী (১৯৫৫— ): অশেংবা মমিং থৌ-নাওজম চম্নু ইবেমহল কৌই। ক্বাকৈথেল মোইরাংপুরেন লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। শগোলবন্দ মৈনো লৈরক, ইম্ফালদা ওঙই। শীংথানবা য়াব্রবী কবিয়ত্রীনি। ৱারীমচাস্নু ই। ফোঙলবা লাই-রিকশিং— নোংগৌবী (শৈরেং, ১৯৮৪); অন্দ্রোগী মৈ (শৈরেং, ১৯৯০); লৈতেং (ৱারীমচা, ১৯৯২)।

১৬। বরকন্যা (১৯৫৭— ): কৈশামপাৎ লৈমজম লৈকাই, ইম্ফালদগীনি। শগোলবন্দ তেরা কৈথেল খূরাইজম লৈকাই, ইম্ফালদা ওঙই। শীংথানবা য়ারবী শৈরেং ইবীনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং— শিঙ্গারৈগী লৈকাদা (উপন্যাস, ১৯৮৩); লোই-নাইদ্রবা থব্রায়গী ঈশৈ (শৈরেং, ১৯৮৮); উতোল অমদি উচেক-শিং (শৈরেং, ১৯৯১)।

১৭। রতন থিয়াম (১৯৪৮— ): উরীপোক হাওবম য়ান লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। কবিনি; য়ারীমচা, উপন্যাস মসুং লীলা ইবনি। মণিপুরী থিয়েটরগী মমিং চংলবা ডাইরেক্টর মনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং— লোয়া হায়গে তুম্মিয়া তাও য়ারীমচা); উনশাদা মুংশিবা; ফনেক খোইদোম শেৎশিঙে; শ্রীমতী ইচেবেম্মা (লাইরিক অহুমসি উপন্যাসকীনি); শেগায়রবা কুরাংবান (শৈরেং); তখেল্লে নাচোমলক্তা টিগোংলৈ অমা (শৈরেং, ১৯৯০)। ফম্পাক্তা শান্নগ্রবা অইবা অসিগী ওরিজিনেল, অনুবাদ অমসুং এডাপ্তেসনগী লীলাশিং লৈ। নেসনেল সংগীত নাটক অকাদমী মনা (১৯৮৭); পদ্মশ্রী (১৯৮৯); 'নন্দীকার' মনা (১৯৯২); অতৈ মনাশিং অমসুং ফেলোশিপ থিয়েটরগী ওইনা ফংগ্রে।

১৮। রাজকুমার ভুবনসনা (১৯৫১— ): সেগা লম্বী কোঞ্জেং হাজারী লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। শীংথানবা য়ারবা কবিনি। মশাগী শৈরেং লাইরিক "জরাসন্ধ" ইং ১৯৯১ দা ফোঙই। মণিপুরী সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা অমসুং শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক খরদা মাগী শৈরেংশিং ফোঙপ্রে।

১৯। খোকচোম বিশ্বনাথ (১৯৬০— ): কাছাড়গী সিঙ্গেরবন্দা পোকই। মণিপুরগী মপান্দা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী লমদা শীংথানবা য়ারবা নহা ওইরিবা কবিনি। ফোঙলবা শৈরেংগী লাইরিক অনীনি— নোং মুংশিংকী হুমদোক্লবা থাবলগী (১৯৮৪); হরিবোলা হে মন্ত্রী হরিবোলা হে ইঞ্জিনিয়ার (১৯৮৫)। শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক অনীসু সম্পাদন তৌখি।

২০। কোন্থৌজম কালেনজাউ (১৯৫৭— ): কাছাড়গী বরখলাদা লৈবা বম্র রামপুরদা পোকই। মণিপুরগী মপান্দা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী ওইনা শীংথানবা য়ারবা নহা ওইরিবা কবিনি।

"অতিয়াদা মুগুক মুবা চাকথোং চক্ষু পাইরে" কৌবা শৈরেং লাই-রিক অমা ইং ১৯৮৫ দা কোঙই। শৈরেংগী খোমজিনবা লাইরিক খরদা অমস্থং মণিপুরী চেকোঙশিংদা মাগী শৈরেংশিং কোঙথ্রে।

২১। **ইলাবস্ত য়ুম্নাম (১৯৫২—):** কাছাড়গী শ্রীবারদা পোকই। অমৌবা মণিপুরী শৈরেংগী লমদা ৱারেংদা ইবা শৈরেং (Prose poem) ইবদা শীংথানবা য়ারবা নহা ওইরিবা কবিনি। ফোঙলবা শৈবেংগী লাইরিক অনীনি— মীনাই অমা ফংবদা হরাও-নবা লম্নি (১৯৮৩); নুংশিং শিংলি উনা লেঙলি (ৱারেংদা ইবা শৈরেং, ১৯৯২)।

২২। **কোন্সম কুল্লধ্বজ (১৯৬২—):** শগোলবন্দ তেরা কৈথেল খুৱাইজম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। কবিনি; মণিপুরী পাউ-চে খরগী কলম্নিষ্টস্থ ওই। ফোঙলবা লাইরিকশিং— ৱোজেন (উপন্যাস, ১৯৭৯); অমম্বা মপৈ অমনা ঐবু কৌখিবনি (উপন্যাস, ১৯৮৬); ইম্ফালগী মৈ (শৈরেং, ১৯৯০)।

২৩। **বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম (১৯৫৯—):** শীংজমৈ নাওরেম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। কবি অমস্থং ৱারীমচা ইবনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং— অওনবা (ৱারীমচা, ১৯৮৮); সিবু হৌনৱিব্রা ইমা (শৈরেং, ১৯৯১); অমম্বদস্থ অঙানবদস্থ (ৱারী-মচা, ১৯৯২)।

২৪। **লনচেনবা মীতৈ (১৯৬১—):** শগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রী লৈকাই, ইম্ফালদা পোকফম্নি। কবিনি; অতেনবা শৈরেং অমস্থং অতেনবা ৱারীমচাশিং ই; সমালোচনাদস্থ খুৎ থাই। ফোঙলবা লাইরিকশিং— ফৈনা চিংশিল্লক্লিবা লৈই (শৈরেং, ১৯৮৮); মীৎকপ থোক্লকপদা মঙলাক্লবা (ৱারীমচা, ১৯৮৯); য়েংলু য়েংলুবদা (পরেং মঙা মঙাগী শৈরেং, ১৯৯১); মান্নদবা মীৎয়েং (অতেনবা ৱারীমচা; ১৯৯১)।

২৫। দিলিপ ময়েংবম (১৯৫৯— ): কাছাড়গী শ্রীবারদা পোকই; ইম্ফালদা লৈ। কবিনি; বিজ্ঞানগী কলম্নিষ্ট ওইনস্থ মণিপুরী পাউ-চে অমদা চাং নাইনা ই। মাস মেডিয়াদা বিজ্ঞানগী হীরম-শিং শন্দোকপগীদমক্তা নেসনেল এৱার্দ ফোর বেষ্ট সাইন্স এণ্ড টেক্নো-লোজী কোভরেজ ইন দি মাস মেডিয়া (১৯৯২) ফংই। "পৃথিবী নঙগী নরাইবক" কৌবা শৈরেং লাইরিক অমা ইং ১৯৯১ দা ফোঙই।

২৬। ক্ষেত্রিঃ রাজেশ্বর (১৯৫৫— ): তুরেল ৱাংমা, ককচিংদা পোকই। শীংথানবা য়ারবা শৈরেংশিং ইত্থনা সাহিত্যগী চেফোঙশিংদা ফোঙখ্রে। "চিংথায়ববা মমি" কৌবা শৈরেং লাইরিক ইং ১৯৮০ দা ফোঙই।

২৭। রঘু লৈশাংথেম (১৯৫৯— ): থৌবাল লৈ-শাংথেমদা পোকফম্নি। থাঙমৈবন্দ লাইবেনহঞ্জবা লৈকাই, ইম্ফালদা হোংলক্তুনা লৈ। মাগী শৈরেংশিংগী মবক্তা শাফু লৈববা শীংথানবা য়ারবশিং য়াওই। মণিপুরী চেফোঙশিংদা চোইনা চোইনা শৈরেং-শিং ফোঙই। "পুন্সী তেলঙ্গা" (শৈরেং লাইরিক, ১৯৯১) ফোঙলে।

২৮। শরতচান্দ থিয়াম (১৯৬১— ): শগোলবন্দ লুক্রাম লৈরক, ইম্ফালদা পোকই। নহা ওইবিবা কবিনি। অশেম্বা মমিং অমদা স্পোর্টসকী কলম্নিষ্টস্থ ওই। ফোঙলবা শৈরেংগী লাই-রিকশিং— তেঙ্গালি কারবা পোদোন (১৯৮০); শো চবুন (১৯৮৯); অফ্রিকা (১৯৯৩)। □

